# গম্ভীরসিং

( চহী তরেৎ খুন্তাকপা )

শ্রীগৌরচন্দ্র শর্ম্মা

লাইরিক ফংফম :—
যারস বুক হাউস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

মমল রুপা ৩.০০

লাইরিক মচা অসিগী মচাক তাৱদা নৈনজখিবা—

1. বৃটিশনা অরোম্ব' ওইনা থনম্বা রেকোর্দশিং
2 My experiences in Manipur and Naga hills—by Major General Sir James Johnstone K. C. S. I.
3. Annexation of Assam—by R. M. Lahiri
4. Anglo Assamese relations—by S K Bhuyan
5 Account of the Valley of Manipur and of the hill tribes—by Major W. Mc cusloch.
6 The Meiteis—by Hudson.
7. মনিপুর বিভ্রাট
8. কাছাড়ের ইতিবৃত্ত—অসিনচিংবা বাঙলা লোন্দা ইরম্বা লাইরিক অবা (লাইরিক অসি অসি মখুম য়াওবমদগীনা, ইরম্বা মীগী মমিং হাপচন্দ্র)।
9, চহী ৩০ বোমগী মমাং শাওবদা থেংনজহৌবা, চহী ৭ খুন্তাকপগী মতমদা থংবা, কাছার, শিলেট অমসুং মণিপুরগী অতম্ব্রমনসি।

---

শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংনা মনিপুরী লোভজগী মীতৈ ৫০০ দনা, মিপুবদগী কবো মযাম তাম্মোকুনা, নৈপাক অসি অমুক হন্না ইব চৱা হাক্কা হুং ইন্নকপা পেম্বারতন সাহেবনা, সরকারদা বা রিপোর্ট –

The favourable mention of Gambhir Singh's name will not, I trust, be considered presumtuous To his energy perseverance and skill is the success of the undertaking principally attributable, and should his co-operation in subsequent advance be required, it will I doubt not be such as to reflect equal credit upon himself and his men—

গম্ভীরসিংগী মবমদা হান্নবা থ৲নজুবা লৈরবনিবা, মাবু পন্দুনা হায়বদা, প্রমান য়াওদবা, পংগায়-হাযজিনবা ওয়না পোক্লোই, চায়না থাজৈ। মাগী অনোম-কনবা, অথাং-কন্না অমম্পুং তৈ-শিং-বনা, মরু ওয়ত্নবা থবক অসি পাংথোকখিবনি। তু অসিদা থেংনরকপা লান্দা, মাগা থবক তৌমিন্নবা থোক্রবদি, থবক অসি নিংথিনা পাংথোকখিবগুম্না, মানা অমম্পুং মাগী মীশিংনা, পাং-থোক্লগনি হায়বদা চিংনবা লৈতে।

---

মনিপুবদগী কবো তাম্বোকপা লাকপা মীতৈশিংনা নোংজু-থাদা চীং লম্বীদা অকা-অকুম তৌবগী রাব্বা মতমদা, চেংঙেনম্ব লোয়খিত্নবা, অফংবা থব-থবদংবা, চাবোয-চাদবোয তৌরব-মত্তদা অব্রাবা করি অমতা উংখিদবা, অতুগী মবমদা, তুং ইল্লকপা পেম্বাবটন সাহেবনা সরকাবদা পিবা বিপোর্ট—

.. To the deprivations, Gambhir Singh's men composed entirely of Manipuries, submitted without the slightest appearance of dissatisfaction and chearfully continued to advance, though constant rain had so much swollen

the nullas, that it was necessary to throw bridges over the timber for which, was in each instance cut immediately after marches, rendered peculiarly harassing from the mountaneous nature of the country traversed,

অসিগুম্না চাংবায় চাদবোয় তৌরবা মতম অসিদসু মীতৈদনা শেম্বা গম্ভীরসিংগী লৈভিঙ্গ কাংবু অদু, পেন্দবগী মতৌ করি অমতা উত্তে। হবাও-ঙরাওনা চেক্তুনা, তঙ্গনা লোং চুবদগী ঈশিং চাওখৎলবা তু য়নশিংদু লান্নবা থোংসু শাই। লোং শাবদা চংলিবা উ-শিংদু, লোং মরক্তা চীংশিংদুগী অকা-অকুপ তৌবদা চোকখৎনবা ময়াশিংদু, কবিগুম্বা পোত্থাবা অমতা লৈতনা অয়ম য়া'ল্লি

---

মণিপুর হন্জিল্লকপা মতুংদা, শ্রীযুৎ অসিনা কবো ভোংলদা, লৈভিঙ্গী শকক থম্দনা, অকম্বা লাইরন মসুংদা লৈবা, থোনা-ফবা, মণি দস্তু হেম্বা কবো শিংবু, তোপকি মতেং যাওদনা মায়-থিবা পিংখবা হাক্তক্তা, তুং ইন্দুনা চৎনুবা কেপ্তেন গ্রান্টনা, সরকারদা পিবা রিপোর্ট—

The character of Raja Gambhir Singh, for personal courage, activity and energy has been already established, and is so fully appreciated by the Government that nothing but a sense of duty could justify any comment upon either by me, and it will no doubt be gratifying to know that, the activity, judgement, and skill, he has displayed on this occassion have proved the justice

the opinion previously entertained of his merits. The steady gallantry which without the usual aids of cannon could force a brave enemy to evactuate a strongly fortified position, is a very satisfactory illustration of the character of his followers, and renders any further comment upon it unnecessary. —

রাজা গম্ভীরসিংগী, মসাগী থৌনা, থবক যাংবা অমস্তুং নিংখিনা পাংথোকপা ভম্বা মগুনশিংগী প্রমানদি হান্নমক্তু উৎথে। সরকারনস্তু, মসি নিংথিনা থংবা মরম্মা, মসিগী মরমদা হায়রক্-হুনা কান্নদে। অদুবু, ঐগী তোফম থোকপা থবক ওইবনা অমুক নিংশিংবতনি। হন্দকী থৌদোক অসিদা, মাগী থবক য়াংব, রাখল চুম্বা, অমস্তুং হৈ-শিংবগী গুনশিংহ্ নিংথিনা ফোং-দোক্লখি। থৌনা করবা, অমস্তুং চেকশিন্না শারবা লাম্বনগী মসুংদা লৈবা য়েক্কববু তানখায়বা তারবদি, ঐথোয়দি তোপকী মতেং লৌনরকই। অদুবু, মতুপকা ইযাও য়াওদনা য়েক্রবশিংহ্ তানখাইবসি, মাগী তুংইম্বশিংগীস্তু, হম্বা-লৈতবা থৌনাগী মশক তাক্লপনি। অসিগী মরমদা অমুক হায়রক্লহুনা কান্নকম লৈতে।

---

Annexation of Assam হায়রবা লাইরিক অহুদা শ্রীযুৎ এসিগী মরমদা ইরম্বদা—

It must be admitted that, out of a series of worthless and impotent monarchs who filled the stage

of the north-eastern frontier, at that period he was the only sovereign who showed power and valour.

He was a good general. He has the skill and foresight, and was not cowed down by the difficulties of extreme type. —

মতম অহূদা, অরাং-নোংপোক্কী সিমানাদা পান্নবা, কৈম্বু কাম্রবা, অমসুং মপোনা লৈতবা নিংথৌশিংগী মরক্তা, 'মা-মত্তোম-তদি পাঙ্গল অমসুং মথৌনা উংখি, হায়বসি, ম্লাকম থোকই।

মহাক অসি অফবা ( মত্তিক চাবা ) জেনরেলনি, হৈ-শিংই অমসুং তুংদা থোক্কদৌবা থবক ফুই।

## হঙ্গচ্চবা

মনিপুর অসি গম্ভীরসিং মহারাজগী শ্না-হাক্তক ক'ওবা মনিং তম্বা লৈপাক ওইনা লৈরম্নদগী, শ্রীযুৎ অসিনা হেক লৈখিদবদগী, বৃটিশ সরকারনা পোলিটিকেল এজেণ্ট থমদুনা মিংথোং চংবা হৌখি। মতম অসি কাওবদা, মীতৈগী, থবক্তা মীখা পোনবা য়াদবা অমমুং থৌনা ফবদি মাংখ্রি। অদুদগী, খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ দা তোবিমন থংদবা বৃটিশকী "কাল্লবম্ন ফুবা, কানম্রবম্ন ফুবা" হাইবা নিতি অদুগী মতুং ইন্না লৈপাক অসি খুন্নম চনখি।

মতাং অসিদগী, হুজিক মীতৈনা মরু ফংনা লৈথ' তারিবসি থোক্লবা মরম শিনবা হৌখি। লৈপাক অসি লোই হেক চম্বদগী, মিলিটবিগী মনিং-মথা তৌবা শাসন মথাদা চহী তরেৎ (কনা-গুম্বগী মত্তা চহী মত্তা) থমদুনা,—যুম মৈ থাবা, খুন খুদিংমক জরিমানা তৌবা, মরিংজেন লৈবা মী থিদুনা হাংপা, নত্ত্রগা, লৈপাক রাংমদা থাবা, নহা-মুবীদা বে-ইজ্জৎ তৌবা, অসিনচিংবা য়েংহৈদ্রবা থোদোসি তত্তনা তৌখি। অসুম্না, মতম শাংনা ওৎ-নৈরবা মতুংদা, নহা ওইরিবা চুড়াচান্দ মহারাজবু নিংথৌ হাপলগা, সাহেবনা ওটহন্নিংবা মতুং ইনবা শিক্ষা পিখি। থাংওমদবা মতোগী ওং-নৈবা, অমমুং চাওখৎপগী মমিংদা মীনাই পুকচেল

শেম্বা অসিনা— মীতৈগী হায়া লৈনবা গুন পুম্নমক মাংখিহনা, ওন্সহন্নিংবা মাইকৈদা ওনবা, হোয়া ফবা কাংবু ওইনবা শেমখি।

অহুদগী, ভারতনা স্বাধীন ফংবগা লোইননা, লৈপাক অসিসু স্বাধীন ফংলবদা, মীতৈগী ধর্ম্মইগী কাচিন্দা, মশক উহন্দনা লোৎতুনা লৈখিবা গুনশিংদু, মীতৈ নহারোল্দা মশক খরা খরা উংপা হৌখি। অসিনা, চাওখৎপগী অনৌবা খোংশান অমসিদা, থাইনগী অহল্লম্বনশিংনা থাবিবগা খুদ'দা নেৎপদা, মতৌ থাজকং ওইগনা হ'ইনা খনজহনা গম্ভীরসিং হাইবা লাইরিক মচাসি ইজবনি।

# য়ারিগী যাহৌদোক

মতম অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতিক চাহৌবা মচাশিংগী মরক্তগী, মারজিৎনা নিংথৌ ওইহনা পাল্লম্মি। মারজিৎসি, যাদোকায়া হায়বা, কবো নিংথৌগী মচেং লৌহনা, মরাম্বুং চৌরজিৎপু ভাদ্রোক্তগা ১৮১৩ দা নিংথৌ ওইখি। মচাগী থৌ-বিমল ওইনা, কবো ভেলি অসি যাদোকায়াদা কংথোকলগা, মাগী লোয় ওইনা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইনিংবনা হাক-মন্দুনা, এচোপ-অবেম থিদনা লোয় ওইযু হাইবা য়াক্রবমু, মীতৈগী ঈপা ওইবনে, লৈপাক্তগা চোপ্পা ঙাংনবনে, মারজিৎকী মপুক্তা নিংঙমদবনা য়াথৈ চাকপঙম চাকপা হোৎক্লে।

যাদোকায়া অসি শিরহনা, মতুংপা বাগিদৌনা নিংথৌ ওইহনা পাল্লে। মাগি, অভিষেকী থৌরাং, থোইদোক-হেন্দোক্না চাওনা তৌবা মরম্মা, লোয় ওইরিবা নিংথৌ পুম্নমক, রাজভক্তি কংহনা, পে খল্লনবা খংহনলক্লে। মারজিৎসি লোয় কোক্লবা, লান হৌনবগী খুদোং-চাবা মতম য়েংহনা লৈরিবৈদা, লোয়দা-লোয় অভাক্লবা থৌদো তৌরনবা, থারকপা বার্তন অহু লৌদনা হনখ্রে। কংথোগা মুক্লবগী মওংদা কবোভেলিদগী চিংঙ-উ য়ালহল্লগা, কোন্নুংদা সঙ্গায় শাগংলে। চহীগী লোয়পোং পিয়ু হায়বা য়াদবশিংঙ্গু, দগি পিহনা মপোং-মচৈ মংহল্লে। অহুগী মথক্তা, অভিষেকো লাকউ হায়বা য়াদবনে, অসিনা বগিদৌ

অসি শাওবনা মৈ থোক্লুনা, যাম্নজিৎপুনা, ফাড়ুনা পুবক্লবা, উশিৎ-পোওইদবা পুকচেল চেন্বা লৈপাক অম্লুনা, পুম্মুৎ-মুৎহল্ল-লম্লবা, ১৮১৯ দা চাওরবা লাম্মী মৈপ অমা থোরকই। মথোই-ডুগী মুংশি-হৈন্নবা থোদোৗ হাকমনথিবদগী, মনিপুর অসি, থুম্বাক লৈজ্জাক্লুনা লৈখি। অম্লুম্না চহি তবেৎ লৈক্লরগা, গম্ভীরসিংহ মহারাজনা, করো ভাম্থোক্লুনা, লৈপাক অসি পুমনো-নোনা অমুক শেমগংখি।

---

## মীথা পোন্বা য়াদবা মনিপুর—

থায়নডৈদদি, গরীবনেৱাজ মহারাজগী স্না-হাক্লক ফাওবদা, পিক্রবা মনিপুর লৈপাক অসি, কনাগীম্লু লোয় ওইহনা লৈরকত্রি। অৱাং-নোংপোক থংবা লম অসিদা, করোগা মজিক চাবা লাম্বা ওইবকপসি মৈতৈদনি। মতম অদু, "করো মজাগা মীতৈ অমগা লাম্বা পাবা য়াই" হায়না থন্নরম্মি। চহি খুদিংগী থোঙ্গাং-খুংকং থা চংঙকপদা—"করোদা লাম্বাবা চৎলসি, ঐথোযগী পুক্কে কায়ক্লসি" হাযদুনা কৌ-চেং অমম্বুং লন-থুম থোম্বা চৎনরম্মি। শগোল ভোংবা, কিম্লু শেৎপা, আম্বাম্বাই য়ানবা কাংবু অহু উযগা, অৱাং-নোংপোক থংবা ভারতকী মী পুম্নমক থম্মোংম্ল নিক্লরম্মি। হৃক্লিক্তা মুংশি-হৈন্নবা থোদোৗ ওইবা থম্নগদৌবসি, মক্তা অহুমদি চৎনবিনি।

মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লৈখিদ্রবা তুংদা, কবোশিংনা খরায়দগী হেন্না খুংকন-পাঙ্গনবা কাংবু ওইরক্লে। মখোয়না, অপুম্বা শক্তি লৈত্রিদ্রৈদা মীতৈনা লাকচরম্বন্দুগী মরোম অন্নুদি কাওত্রি। "পিক্রবা মীতৈ কাংলুপ অসিদা, মহু হৈথেক্লুনা লোয় ওইনা থম্মবদি লোইরে", হায়না খল্লম্মি। অদুবু, মীখা পোম্বা হৈত্তবা হায়বসিনা, ঈদা চুহনা লৈখিবা মরম্মা, ঈশিংদা থাংনা হকপন্তুম, লোয় ওইবগী দাগতি কুইনা খক লৈরকত্রি। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রগী ম্না-হাক্তকুনা খেংলৈ মুংনাং তেলহৈবনা কবো পুশিল্লকুনা কয়া-কয়া ওৎ-নৈখি। অদুবু, মহারাজ অসিনা, মীরৈপাক্পা চেন্নগা অরাবা কয়া থাংহনা কবো তাম্মোকখি। চন্দক মারজিৎকী হাক্তকসিদদি, নিংথৌ ওইনিংবনা মীখা পোংনবা য়াদবা রাখনবু মতম খরা নমথক্লুববসু, মতম কুইনা লৈখিদে। কাৎহৌরুর-বনিনা, কবোনা শোয়দনা লান হৌরক্ল'ন হায়বা খংহুনা, মারজিৎসি লানগীদমক শেম-শাবে।

---

## ভারতকী অরাং-নোংপোক থংবা লম অসিদা, মতম অহুগী রাজনিতীগী ফিভম—

থোম্মরবা বগিদো নিংথৌসি, বৃটিশ কাংবুগস্ত য়েংথিনরক্লে। কবো নিংথৌশিংগী রাখল মতুং ইন্না, বগিদোসি, মশাগ্র মীথোয়-মীহৈনবা, লায়গুম্বা মীশক্তি হায়না খল্লম্মি। মী মরক্তা নোং-সাগুম্বা মানা, মনিং তোনা মীহাৎ-মীপুন তৌবদা, ক্ষতিপূরণ

ভানবগী লোয়ননা, তুংদা অমুক হন্না তৌদনবা থংহল্লকপা, - মাখা খুংভাইতবা মীশিংবু চংজকম পিন্নুনা থম্বা,— মাগী লান্মী-শিংনা চংথোক-চংশিন তৌবদা, য়াইগী য়াদেগী তৌদুনা য়েংপা, অসিগুম্বা থবকসি তৌয়না থোকচিল্লকপা মরম্না, বগিদোগী রাথন্দা, মাবু উশিল্লবগী ওযথোং য়োরে হাইনা থম্লে। শোয়দনা,— পর্তুগীজ হায়বা ললোনবা কাংবু অদু, লন্ডোন-ইতিকী মরমদগী বৃটিশ কাংবুগা য়েংপিনবা হেনগৎলক্তুনা, বৃটিশ তান্থোক্লবগীদমক, বগিদোগী অশাওবদা থৌ-থোক্তুনা ইনশিনবা হৌরে। অদুগা, বগিদোগী লান্মীশিংদু পর্তুগীজশিংনা খুৎলাই পিবনে, চাওথংপা মওংগী লান মশোক্লগা তশিংবনে, অসিনা, নিংথিনা হৈ-শিংবা উবদা, ভারতা মাগী লাম্বা লৈত্রে হায়না থম্লে। সাহেব ভান-থোকপদি লান নত্রবদি যাবোইদবনিনা, লানগী শেম-শাগৎপা হৌরে। মতম অশিত্রাইদদি, বৃটিশশিংসি ফত্তবা লৌশিংনা, ভারতকী মকথ পুম্নমক লৌশিন্দুনা, অরাং-নোংপোকী লম অসিদা ভায়রে। মসিম্নু, থুদোংচাবা ভায়হনা লৈরি।

বৃটিশকী মগুন থংবা গম্ভীরসিংদি, করোনা তৌরিবসি উবহুনা—লানবু থোক্লবদি, লৈহৌবিবা লম পুম্নমক অসিম্নু, শোয়দনা বৃটিশকী মথা পোনখিবা তারে হায়বা খংলে। মরম অসিনা, যেক্লবগী রাথল থাদোক্তুনা, মরুপকী ফিভমদা লৈনরগা, বৃটিশকী মায়োক্তা লান তৌমিন্নসি হায়না বগিদোদা থাহনখি। অদুবু, রাথল থেনবা বগিদোসি, মানা মহেল্লে থন্দুনা, য়ারক্তে।

য়ারক্কবদা নত্তনা, মীচেন ওইহনা নৈরিবা, মচিন মনাও অহুমক (চোরজীৎ, মারজীৎ, গম্ভীরসিং ). লোয ওইয় হাইবা য়াত্রবদি, বৃটিশকী লমদা কনা লোৎতুনয় লাপ্পী থাজিন্দুনা ফাহল্লনি, হায়না থংহল্লকই ।

সাহেবশিংয়ু, কবোগা লান থোক্তরগদোরে হায়বসি থংহনা, মগুং-মগুংদা, লাম্মী পৈহনা শেম-শাবা লোয়রে । তাক্লা অসিদা, গম্ভীরসিংয়ু, শিলেটকী এজেন্টকা উন্নহনা, মরূপকী ফিভমদা বৃটিশকী মতেং পাংগে হায়বরে । এজেন্ট সাহেব অসি, গম্ভীর-সিংগী থৌনা, হৈ-শিংবা, অমস্যুং কবোগা মতম কুইনা যেংথি-নয়কপগী মরম পুম্নমক, হায়না থংহনা লৈবা মরম্না, হরাওনা য়াখি । অহুদগী, এজেন্ট সাহেব অসিনা বৃটিশ সরকারদা থংহন্দুনা — সরকারগী মতেংয় গম্ভীরসিংনা পাংবা, অহুগা, মনিপুর হন্দোকপা মতমদনা, সরকারনা মতেং পীংবা — হায়বা, সর্ত্তসিদা য়াম্রহনা ; গম্ভীরসিংনা মনিং তৌনা শিজিন্নবগীদমক "মনিপুরী লেভিজ" হায়বা ফৌজ অমা শেমগৎখি ।

[১]

# চহী তরেৎ খুন্তাকপা



ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ, মীতৈ পুন্নমক্কী থম্মোইদা ভক্তিগী ইথক হৌহনবীরমলগা লোংগাখ্রে। মহারাজ অসিগী মতিক চাত্রবা মচাশিংদু, তাকপিরবা মতুংইন্না —মথং-মথং নিংথৌ ওন্নগে হায়-বদি লৈত্রহন', ভায়ওমদবদগী মহৈ-মহৈ ইমু-নাইমু তানহনা, মণিপুরসি অইংবা মশক থংনত্রে। লোমদা, য়েক্লবা কবোদি অচেংবা য়েংহনা লৈবি। তানজা অসিদা, মারজীংনা য়েক্লবা কবো নিংথৌগী মতেং লৌহনা, ময়াম্বুং চৌরজীংপু. তাম্মোক্লগা মণিপুরগী নিংথৌ ওযরে। চৌরজীং মহারাজসি, মনাও ইবুংঙো অতোম্বা গম্ভীরসিংগা কাছার লৈপাক্তা চেল্লকনা লৈরম্মি। গম্ভীরসিংদি, মযমুং সংগী হৃলেংবা লৈতবা থোদোসিংহ উবদা মথৱায় শোক্রবস্থ তুংগী আশা থন্দুনা য়া ভাংথিদে।

মারজীংসি নিংথৌ ওন্ননিংবনা হেক্লিনখিত্নবা য়েক্লবা কবো নিংথৌগী মতেং লৌকরবস্থ, মথোয়গী লোয় ওয়না লৈবদি চোপ্লা থন্দুনা, মনিং তম্নবগী থুদোংচাবা য়েংহনা লৈথি। তাঙ্গা অসিদা কবো নিংথৌ বগিদোগী অভিষেকি বার্জন লাক্লে। বার্জন অসি, মাস্থ. বগিদোগী লোয় ওয়বদা য়াবগী, অতাক অফোংনবা থৌদো

তৌরনবগীদমক্তনি। মবম অসিনা বার্ত্তন অদু লৌশিন্ত্রে। অদুগা, লান শোইদনা থোক্লরবা তারে হাইবা খংহুনা শেম-শাবা হৌগৎলে।

বার্ত্তন লৌরকত্রে হায়িবা পাও তাবদা খুৎকল-পাঙ্গলবা বগিদোসি শাওবনা মৈ থোক্লে। "ঐখোইগী ইতেং লৌহুনা নিংথৌ ওইজখিবা মানস্থু ঐবু থৌওয়দবা। চীংলক্তা লৈবা লম মচেৎ অমতগী নিংথৌ ওইজবগা, ঐগা লান্না পানি হাইনা খল্লিবা।" বগিদোসি, মিঙি মহা বান্দুনা হাইবা সেনাপতি অদু কৌশিন্দুনা—"সেনাপতি। অখন্নবা মী লিশিং কুপ্‌না সাবা তেঙ্গোন অমা শেম্বিবগা, মণিপূরগী নিংথৌ মারজিৎতু মঙক্তা থৌরিনা পুন্দুনা অসি তান্না চিংহুনা পুবিরকউ। উশিং থৌওয়দবা মীতৈ লৈপাক অদুস্থ, কাং-খোং চাইনা থুগাইবিবম্মো। থোইচৎ-রাংচননবা মীতৈ পুম্নমক হাৎপিয় নত্রগা মনাদ' যাইরিনা লেংহুনা পুবিরকউ—অসিদা মীনাই ওইহনসি। মীতৈগ মযুম অমকাওবা খাক্তনা থুদক্তনা, খুন্তাক-লানসি ওযহনবীরম্মো। মসি তাবদা সেনাপতি—'কনি, ম্নায়াথং ইকোকহক্তা থোক্তনা, ননাই ঐহাক চৎচগে। ননাইসিং মীতৈ মচাসিংসি, লিংজেল ফবদা, হৈ-শিংবদা, ঐখোই মঙাইরে হাইবা নাপন অমা কাবি; লন্দ'-থুমদা, তাবনা লান্না লৈত্রবা শ্রীযুৎমকপুম্থ উশিৎত্রিবসি, মারজীং মতোমদা লত্তে, ননাইসিং মীতৈ অপুন্বনি। সনা য়াথং মতুং ইন্না, চীংমচাশিংসি, হন্দক্তি কাং-খোং সাহল্লমদবা য়াক্লে।"

সেনাপতি অসি, অথম্বনা লান্মী লিশিং কুন্থ্রা, মহুগি চেংজেল পুন্নবা বেগারীন-চিংবগি থোবাং লোইদুনা বগিদো নিংথোদা হুন্নংলে। বগিদোসি—"হাইরুহনা কাম্বদে, সেনাপতিনা তেম্বা থংবিরিবমনি—ঙুপী মশক ফজবান, ঐথোইগি লৈপাক্তা কাম্বগ-দাবা মীতানে, মসিদি থাকপিরম্মনু, অদুগ, কাংলৈজ-সাগোনম্মু হন্দিনা মথৈ কাদুনা পুবিবকউ। ঐথাইদ নোঙ্গজনা চংজবকপা মীশিং-শুদি, মুবলবু নিংথো হাম্বিবগা, ঐখাইগী খেংলোব ওয়না মাগী মথাদা লৈতনবীরম্মু"। যাথংসি মকোক্তা থোংজনা, সেনাপতিহু লান্মি ময়ামগা লোইননা মণিপুর তম্ম খোশল্লক্লা।

মতম অদু মীতৈগীদি খেংমী অমত্তং সগোল তোংবা সিপাই লিশিং তরেৎ নিপানমুক্তা মরৈরম্ম। কবোনা অপুনবা শক্তি লৈত্রিইত্ত, অমদি পর্তুগীজশিংনা খুৎলাই পিত্রিইদদি—শগোল তোংবা, ফীমু শেংপা, অবাম্বাহি ম্মানবা মীতৈ খরতনা কাংগ ময়াম-ময়াংগা লান্বা পাবা যাবম্মি। অপুম্বগী শাক্তি লৈথিবা অমসুং খুৎলাই ফবা হেনখিইদগীদি, অম্বাম্বা মতমদা কবোনা লাকচবব। অদু ফনা ওইডাম্মু মীতৈগী পুখিংদা পুক্রংপদি লোইদে। পাইনগী চৎনবোলান্দা হাইবম্মা—'কবাগী অহুমলক পংথবী' 'কবো মঙাগা মীতৈ অমগা' হাইব-শি হু, চুপগী রাইহতনা তা। মীতৈনা সরীং-সরাং অমসুং হুরান-লাম্নাদা, যাম্ন হেনবা মবম্মা খুৎলাই পাইবা কবো চামা-চনিদং-কক্তা চৎপা উববদি মথুৎতা পাইবা নোংমৈ হেক-হেক মুম্লম্মি।

য়েক্লবা চংঙকই-চংঙক্তে য়েংবা কাংবুনা তম্মদুনা, মারজিংগি কবো লাকপগী পাও তারে। লৈপাক্লা থিনা ঙাংনবা, অমস্থুং মসাগী নিংঙমদবগী মৈশা কোক্লবা মারজীংসি তেম্বোল থরদুগা ক'োনা তারকপা ঙাইহনা লৈরে। অদুদগী, য়েক্লবা কাংবু অনি অহু হন্নবা লৈনদনা থেংনবদা, মীতৈনা লিশিং অহুমবোম, কষোনা লিশিং তরেৎমুক শিন্নবা মতমদা মারজিংসি লান্দা মাইপাকপগী অ.শা উরকত্রহনা মওল-মওল থল্লক্লে। "মীশিংগা খুংলাই কবগদা হেনবা য়েক্লবগা, হুন্তবা লৈতবা লিংজেল চেনবা মীতৈ খুজোক য়মতংগা থেংনবদি, মৈমুংদা ইকং লংশিনবগুমনি। অহনা, অপং-থোনাদা থোরাই থাবগী মহুত্তা তুংগী আশা য়েংবনা কর'দৌমাল্লে হাইনা খন্দুনা, চেম্নবা থোবাং তৌ'র।" লান থেংনত্রিবডে মমাং-দনা, শ্রীগোবিন্দদি, করিগুম্বা মাইথিবা থে'ক্লবস্থ য়েরবগী মথুত্তা তাখিদনবা হাইহনা, পুন্নারীশিংগা, নিংথেম-কুবীশি গনা থোগন তৌহনা, মচি অমদা থৈদোক্তুনা থমথি। মারজীংসি পাওচেনবা মীশিংবু, হান্ননা মসা পান্দুনা লৈববা মণিপুরদা— "মতম লৈরি-ভৈঙসিদা, নংগী-নংগী জীব হিংনবা চেম্ন'খ্রা" হাইনা পাও চেন-থোকহল্লগা, চেনগদৌরিবা মীশিংগি মতম কংনবা, শুমিদাংরাই ফাওবা লান থাংহনা লৈরম্মগা, কাছাররোমদা চেনখ্রে।

মীতৈশিংন্থ অন্তম্বনা মনিপুর রাংমো লাম্না চেম্নখ্রে, ঙমদবনা চাংদা হাইগংনখ্রে ঙমদ ঙমদবনা লোত্তুনা মথরাই হিংনবা হোৎনরে। মারজীংনা চেনখ্রবদা কবো সেনাপতিসি—"ঙ'স'দ

তুমিং তাংখ্রে, নখোইস্থ ৱাররিনি। হয়েং নোংঙানবদগীদি খুল্লক্তা চংহুনা, ননিং-নখা তৌনা ওৎ-নৈহুনা চৌং মচাশিংসি অকিবা থংহল্লু। নখোইগী শরুক তমদ্রিন্তৈদা, শ্রীযুক্তা কংনবা মশা-মউ করা মুপা লিশিং তরা, মশক কজবী মুপী থন্দুনা লিশিং তরা, অদুগা, কাংজৈ চাবা সগোল লিশিং মঙাদংদি হাম্না ফাহুনা পুরকউ। অদুদগীদি নখোইগী ননিং তৌনা হাংদনিংবা হাংলু, ফানিংবা ফাও, লন-থুমস্থু ননিং তৌনা খোম্মু। নখোইগী মরক্তা, মাইবা, পাঞ্জ অমসুং মথুং-হৈবা মী থেংনরবদি ফাহুনা নিংথৌ-রেল্লা কংকদৌবনি। হাকবিবসিংসিদি শোইবা য়াত্রবা পোংনি। অদুগা, নখোইগী নখোং পাইঠনা ল'ল্লে হাইরুবা মী অদুদি, নখোইগী লুচিংলিবা সর্দারবী য়াথং লৌরগা, তোংঙাম্না মফম অমদা লৈহল্লু"।

তুমিদাং অদু, কংবোশিংহু হবাওহুনা কনাস্থ তুম্বা য়ানদ্রে। অসিনা, নোংঙানবা ঙাইঙমদনা হৌগৎনহুনা সন্নু-সন্নু ওইনা যুমথোং খুদিংদা চংহুনা হিংচা-যাইতপগী থৌদৌ তৌখিবশিংদুদি করি হাইনা শিংথানি! অহানবদা, থেংনবা নিংচাই চাউবা ক্যাংবুনা, মুপী-মুপা খাক্তনা হাংলগা, অতৈনা ফাহুনা মনাগা মখুবাক্তদা য়াইরিনা লেংহুনা কবো তাম্না পুশেস্নে। মীনাই কাবা অমসুং লন থেংবগী খবক লোইরবদা; অদুদগী হেস্না: ভাইহে-উইহেত্রবা খবক তৌবা হৌরে। —অশোন-অনা থেংনব-শিংহু থাও অশাবদা থাদহুনা হাংলি, অঙাংনা মখোং পাইহুনা

লৈপাক্লা হাইহৎলি। করি করিগুম্বদা, অসোন-অনা অমস্তুং অতাংঘচাশিংদু ইমুংদা হোইজিল্লগা, মোরোক সংবাই-সংবাই থাদুনা অরাবা পি। মতুদা হাদুনা, অমস্তুং শোর ফুন্দুনা শিবস্তু য়াওই। শিদবনা, থাংনা কত্তুনা হাৎলি। অসিগুম্বা দুংশিহৈতবা থৌদো-শিংসি তৌরগা মুচাইবা কুম্মৈ ওইনা য়েংলৈ। মতম অদুদা তৌখিবা "অরা-মীহাৎ" অমস্তুং "অরা মীহাই" হাইবসি হৌজিক কাওবা মীতৈগী চৎনলোন্দগী মুৎত্রি।

অস্তুম্না, থা অনিরোম ওৎ-নৈবদা, মী লাখ মরি মত্তারোম তারগ্বা লৈপাক অসি লিশিং অহুম-মরিবোমদা তাইশিল্লক্রবদা, সেনাপতি অসি লাম্নীশিংহুদা, নৈবা তোক্কবা য়'থং পিরে। অহুদগী, কবো নিংথৌদা থনবা, সুবল কৌবা মুপা অমবু নিংথৌ হাপত্তুনা, কবোদা চংজবা কাংবুশিংদু মাগী প্রজা ওইহল্লে। সুবল নিংথৌসি মাগী প্রজা ওইনবা মী খোম্বা হোৎনবদা, লৈ'হুথা হিংহৌবা মী থবদুগি মন্থংদগী কোঙ্গাই অমদি - কবোগী লোয় ওইগদৌবগী সরুক-পুদি শিবনা হেন্না ফৈ হাইদুনা, শিনখিবস্তু য়াওরে। ওস্তোকপনি। মতম অদুগী মীতৈগী ঈদা তোংদা চুহুনা লৈখ্রবা — "লিংখৈল অমস্তুং মীথা পোম্বিংদবদু" হৌজিক অসিদা মশক উথিত্রবসিবু পুম্নৎ মুৎ-থ্রবনরা? নত্তনা, থৎপলবা থম্মোইগী কাচিন অমদা চেৎনা লোৎত্তুনা লৈরিত্রা? শিবা ভমদবা মীনা মশানা য়'নিংদনা কবোদা চংজরে।

# [২]

## মনিপুরদা অনৌবা য়েনিং হুনবা। কাছার লৈপাক্তা গম্ভীরসিং।

মনিপুরনা খুন্তাক লান্সিবা মতম অসি, ভারতকি অরাং নোংপোক লম অসি অইংবা মশক থংনরকত্রে। মতম অদু, কবোগী নিংথৌ বগিদোনা খরাইদগী হেন্না খুংকল-পাঙ্গল্লম্মি। মাগী, মুংশিহৈতবা অমত্তুং মনিং-মথা তম্বা থোদোনা, আসাম, জয়ন্তিয়ানচিংবা মক্কশিংসি লোইনা মিপাইনরে। মতম অদু, লান্দা মাইথিবা লৈপাক অদুদি, অতুবনা, মনিং তৌবগী চংনবী লৈরম্মি। অদুবু, মীহাং-মীপুম্নচিংবা তমখিবা থোদো তৌবদা কবোগা লাম্বা লৈরমদে। হায়রিবা লমশিংসিদি, কবোগী লোয় ওইরবমক্তদা, মাগী মনিং তৌবা সাজৎনা মী পুম্নমক লোইনা মথুম-মরাং হৌনরে। শেন পাইবা মী লৈবা কিনরে, মশক মতৌ কজবী মুপী মপান থোকপা য়াত্রে, কবো লাণ্মীশিংনা কোইচৎ চত্তুনা, নহোইগী য়াকা মতুং ইন্দবা মীহু মনিং তম্না হাৎপা-থিনবনচিংবা তৌবক্লে। লোয় ওইনা লৈরিবা নিংথৌশিংদু, লৈজৈ হাইবদা মতাম্নরে।

কবোনিংথৌশিংগী হৌনবী মতুং ইন্না, বদিদৌ অদিসু মশাবু মীথোয়-মীহেনবা,—মানা তৌবা থবক্তা, মী কনাগীসু যা চংকম লৈতবা, লায়না থায়কপা ওয়না থল্লম্মি। মতম অসি,

বৃটিশ সরকারদি, ভারতকি মফম পুম্নমক লোয চল্লগা, অরাং-নোংপোক্কি লম মচেৎ অসিদং চন্দহুনা লৈরি। করোগী মনিং তৌবা সাক্তৎ অসি, বৃটিশনা খুত্থম চনবা লমদা তৌরুবস্থু য়াও-দনা, মতম-মতমদা স্থুভাইনদবা তোঙনা থোকখি। বৃটিশসিংসি মতম অহুমক্তদি, অরাং-নোংপোক্কি লমসিংসি খুত্থম চল্লবগী আশা তৌদনা, মখোইনা লোই-চল্লিবা লমসিংদু মবাচৎনা ইংনা থম্নগীদমক শাসন নিংথিনা তৌরম্মি। চংজফম থিবা মীবু মখোইনা পানবা লমদা লৈহল্লম্মি। অহুনা, করোনা ওৎ-নৈবদা খাংবা ঙমদবা মীশিংনা বৃটিশনা পানবা লমদা চেন্দুনা লৈনরম্মি। অম্তুম্না, করো নিংথৌ বগিদৌসি মনিং তৌনা বৃটিশকী মী ফাবা অমদি হাংদদা য়ানিংদবা উংত্তুনা ক্ষতিপূরন তানবা— মানা হুংস্তাইতবা মীশিংবু চাংজফম পিবা— মাগী লাম্মীশিংনা বৃটিশকি লমদা মনিং তৌনা চৎপা থিংবা,— অসিগুম্বা থৌদৌশিং অসি তোইশিল্লকলবদা, সাহেবশিংনা মাবু উশিত্তবগী ঙমখৈ থোরে হাইনা খন্দুনা, তাম্বোকখ্রগে হাইনা মপূক্তা লেপ্লে।

সোমদনা, হাম্নদগী হৌনা বৃটিশসিংসি পর্তুগীজ হাইবা, মখোইগুম্না ললোনবা লাকপা কাংবু অহুগা, লংল্লান-ইত্তিক মমমদা য়াম্না হুংস্তাইনরমদে। অহুনা, পর্তুগীজশিংসি বগিদৌগী অশাওবদা থৌথোংবদা নত্তনা, লাম্মিশিংদা অনৌবা মওংগী খুৎসু পুৎলাই পিহনা, চাওখৎপা মওংগী লান মত্তৌসু তম্বিরে। বগিদৌসি মাগী লাম্মীশিংগী হৈ-শিংবদু উবদা ভাবত্তা লাখা লৈত্রে

হাইনা পন্দুনা, বৃটিশ তাম্বোক্লবগীদমক শেম-শাবা হৌগৎলে। কুটনিতিদা হৈ-শিংলবা সাহেবশিংস্তু অরোনবা হুতকি মচিন্দগী কবো নিংপোৌনা তৌরিবসি খংদুনা, লাম্মী পৈশিনবা তৌরে। অদুমকপু, যা রবা-মথৈ লান থোরদনবা রাখনস্তু তৌরম্মি।

গম্ভীরসিংহ্দি, নাকল অনিমরা তৌনরিবা থৌরাংসি উদুনা, —লানবু থোরম্বদি, অরাং-নোংপোক্কি লম মচেৎ অসিস্তু বৃটিশনা লৈই-চনখিবা তারে হাইবা খংলে। অদুনা, বগিদোৗনা, হাব্রগী থেক্লবগী রাখল থাদাক্লুনা, মক্লপক্কি রাখল্দা লৈনসি হাইবা যাবা পোক্কবদি, সাহেবকী মাখাক্তা তৌগদৌরিবা লান অসিদা অঙম্বা মতৌ পাংগে, হাইনা খংজনখি। অদুবু, লৌশিং থেনবা, বগিদৌসি —মীচন ওইদুনা, মীগী লমদা তাংদুনা লৈবা মীগা, মক্লপক্কি ক্তিভন্দা লৈনবদি চেপ্পি হাইদুনা হ্লাবক্তে। মানা মহেৎস্থ হাইবা নাপন্দগী, মীচন ওইদুনা কাছার লৈপাক্তা লৈ-বিবা নিংপোৌ মচ পুন্নমক লোয ওইনা, খুনা কবোদা মকোক নোক্ষ্বরপ্রবদি, লাম্মী থারক্লুনা লোইনা কাহনগনি, হাইনা খং-হল্লকই। মসিদা, বগিদোৗনা হ্লাবক্তবসি মীতৈগী লাইবক কবনি হাইবা যাই। কছারদা চেন্দুনা লৈখিবা নিংথৌমচাসিং — চৌবজাৎ, মারজীৎ অমস্থং গম্ভীর, মখোই পুন্নমকসি মনিপুরনা স্বাধিন ওইনবা হোৎনবিংবা মী ঙাক্লনি। মখোইসিগী মরক্তা, গম্ভীর সিংনা, মবৌসিং, তুংগী পোমিৎ উবা, অমস্থং শিবা কিদবদা পুমহেন হেল্লম্মি। কাছার লৈপাক অসি, মচিন-মনাও অহুম

অসিনা লিংজেন মান্নদবদগী মতম থরা মথুম-মরাং হৌকরবসু, গম্ভীরসিংনা তাইশিন্নবা হোৎনবদগী মহৈ-মহৈ য়ান্নখি।

সোমদা খুন্তাক-লান্সি ওইদুনা লৈববা মনিপুরবসি, লৈহাও কবা লমদা হৌবা উপানবু মখোং খেংনা ককথৎলবসু, অমুক, থুনা এনিং ছুনবগুম, অনৌবা এনিং হুল্লক্লে। গম্ভীরসিংগী মচা-শিং খোকপা হেবাচন্দ্র কৌবা, লৈপাক্কী যুমজাওয়া হাইনা খংনবা নহা অমা লৈরম্মী। মসি, মনিপুর রাংমা লান্না চেনবা হেন্না মীতা ওইরবসু, মরৈবাক্কা অন্নাবা তারমদগীদা থাদোক্লুনা চৎপা পামদহুনা, চীংদা হায়গৎতুনা লৈরম্মি। মানা, মমান্নবা মথরাই শোক্লবা নহারোন থরগা হৌনহুনা, কবো খংহন্দনা খুন-খুন্দা চৎলগা, অন্না-অনাগী মতেং য়ান্না পাংখি। মখাইদু, কবোগী তমথিরবা খোদোসিগী লম্মন খুন্নবা থবক পাইবা হৌগৎলে। বগিদোনা, খোক্লগদোরিবা লান অসিগী লানগং শিনবদা, ইম-কালদা অথন্নবা লান্মি থর লেংদনা থম্মবদি, থাদোক-থাজিন্দা খুদোং চাবা হেনগনি হাইনা থন্দুনা, কবো লান্মি লিশিং তরুক থন্নবা য়াথং পিখি। মখোইদুগী শেংনা চানবা অয়াম্বদি কবাদগী হেক-হেক থাই।

যুমজাওয়াগী কাংবুহু মী চামরোম শুই। মখোয়হু, সরুক থন্না খোক্লা থাইদোক্লগা, লুচিংবা অমম্মনা চিংহুনা, থরনা, চীং-লম্বিদা অচা-অথক থিনবা লাকপা কবো হাংনবা থরনা, ইম্ফালদা লৈরিবা কবো লান্মিনা চোইনা খোরকপদা হাংনবা শিন্নখি।

মনিপুরনা মী তাদ্রবনিনা লৌ-শিং উবিনবা লৈতহনা, চানিংঙাই লৈতবগী অন্নাবা কোক্রবা, কবোদগী মুনবা পোৎ-চৈনা চানবা শেৎনবা ওইনৈ। যাম্না কৎবা থোক্লগা লৈতা-লাইরা খন্দুনা য়েংস্থাকই। মখোইহু, মকম অযাম্বদা মাগী-মাগী শিন্না পাং-থোক্লেদি হাইববু, নোংমৈ য়াওদবনা থবক চৎথবা খন্না ব্রানা পোকই। মবম অসিনা, অন্নাৎপসি কোক্রবা গম্ভীরসিংদা হাইরুনবা থন্নরে।

মতম অসি, কাছারগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা লৈপাক অহু থাদোক্লুনা চেনখিবদগী, মচিন মনাও নশেন য'ন্নতনা গম্ভীরসিংনা নিংথৌগী থবক পুশেন্ম। গম্ভীর'সিং অসি, গোবিন্দচন্দ্রগী মন্নাম্বা কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌবা, চ'হুফম পিখিবগী তৌবিমল কাওদ্রবম্ব, গোবিন্দচন্দ্রনা মাবু লৈপাক মাংদা ইকাইবা পিখিবগী মুঙাইতবনে, অহুগা, মীতৈ কাংলুপ্না অন্নাবা তাবিব'স'ন, খল্ল্ বদা,— কাছা'র লৈপাক অসি, মীর' চৎদনা মতম খবা মথুক্তা থমলগা, মীতৈগী কিতম খন্ন ফগৎলবা মতমদা, গোবিন্দচন্দ্রবু কৌশিন্দুনা নিংথৌ ওইহনগে হাইনা খনখি। অহুনা, চেল্লকইবা মীতৈ পুন্নমক লৈকম-চাকম পংদ্রিবামথৈ, শ্রীযুৎ অসিনা পিন্ন-পিথকহুনা থমলগা, অহানবদা কাছাবদা লৈকম শিখি, মহুদগী চল্লক্তবা মথৈনা শ্রীহট্টদা থাখি। শ্রীহট্টদা অহানবা চ'খিবা মীতৈশিংহু, লম অহুগী এজেন্ট সাহেবনা চিংনহুনা লৈহন্দ্রবদা, শ্রীযুৎ অসি মসা চত্ুনা—“মীতৈগী খুদোংথিরবা মতম অসিদা, মতম থরদংগী তাংদ্রফম খিবকপনি,

লৈপাক ইরাং হৌনবগীদমক নত্তে” হাইজরুবদগী, চংথোক-চংশিন তৌবদা অপনবা লৈখিদে। সাহেব অহ্ন গম্ভীরসিংগা মরি-মথোং থিনহুনা রারি শানবদগী, মাগী পূকচেল খংলদুনা, চান্নবা মরুপ ওইনখি।

যুমজাওস্নাদু, কাছারদা লাকুনা গম্ভীরসিংগা উন্নরে। গম্ভীরসিং অসি, মহুংগী মী থমদুনা কবোগী অচেৎ-অকোম, অমসুং, মীতৈনা ওইরিবা কিভমগী পাও তত্তুনা লোৱা মরম্না, নহারানসিংনা তৌরিবহুস্থ তাহুনা, যাম্না উননিংনা লৈবম্বগা মতা চান্নবে। যুগজাওস্নানা হক্ষৎপা পুম্নমক তাৱগা থাগৎতুনা—“নখোইনা তৌরিবহু ফগ্রবা পোৎনি, ঐনা হোৎনরিবসিস্থ, মনিপুরসি কবোগী মথুত্তগী হন্দোকপা ভম্নবা লাইবক যেংভিবনি। শ্রীগোবিন্দগী কৃপা লৈরবদি ঐখোইনা নিংভিবসি প’কুইদি কুইরোইদোয়। —নখোইদি মী কয়া সুবে?” —যুমজাও— “ননাই ঐখোই মী ১০০ সুবম্বদগী, ৫ দি য়েক্রবগী নোংমৈনা পান্দূনা শিগ্রে. ননাইশিং অতৈস্থ য়াওগে হাইদুনা লাকপদি ফনা যাম্না লৈ। খুৎলাই রাৎপসিনা খুদোং ইচা-চাদ্রি।” গম্ভীবসিং— “নোংমৈ অকবসি পাক-পাক হেক কংদে। থংনবা পর্তুগীজশি’দগী লোন্না লৈরিবনি। হুজিকমক্তা পিৱা ভমগদোবা হাইবৱু নোংমৈ তরাহুমদোইদগী হেন্না লৈত্রে। অসি নত্তবা, হান্না সুনরম্বা থরস্থ লৈ, কান্নগদোৱা লৈরবদি মহুস্থ পুথো। নখোইগী নরা তারগা, থরা য়াম্না পিরক্রবা থোৱাং তৌরক্কে।” যুমজাও— “স্নাচরনগী

কুপানি, য়াম্না কয়ে। অনৌবা নোংমৈসিনা হেন্না ফৈদি হাইববু, ঐখোইগীদি ফংডিবা মখৈ কায়বা ঙাক্কনি। ননাই ঐখোইনা শিজিন্নরিবসি থাইনগী নোংমৈ অসুবী তরানিপাল্দনি।" অসুম হাই-নহূনা নোংমৈশিংছু পুন্নগা যুমজাওম্নাসি মনিপুরদা খোকখি।

যুমজাওনা মনিপুরদা হেক থ্ংভবগা, মমান্নবাশিংছু পালি নাইনহনা নোংমৈ শিজিন্নবা তম্নহনা, মতম থরতগী মমুংদা খুৎ-লোইনরে। হান্নদা, সনিৎ-সরাৎ অমসুং ক্ষয়ান লাম্না হৈবগী মথক্তা, নোংমৈগা য়াওরবনিনা, থবক য়াম্না পাংশিনবা হেল্লে। কবোশিংছু, খোশারমদবদগী খোশাদবা য়ারকত্রে। চানবা থক্কবা পোং ফংজিল্লকাত্র, চেইনা মপান খোকপা যাশিল্লকত্রে। অসিনা, মীতৈ ডাকু কানবা কোইথি শিবা লাক্করে। সোমদা, মীতৈ ডাকুদি মশিং হেনগৎলক্লুন চনিরোম শুজিল্লক্লে। কবোনা খুদোংখিবগী পাও অসি তাবদা, গম্ভীরশিংসু খুৎলাই রাক্তনবা শোরাং চেৎকদ্রে। সুবল নিংথৌ অহুমসু কোংনা মপানগকা খোকখ্র, কবোগী মিচং চংহনা পাওপিবা মীশিংগী মমুম মৈ থাহনা মপোৎ-মচৈ মুখ্র, হেন্দোকপা মী থরদি হাৎপসু যাওখ্রে।

ইম্ফালদা মীতৈ ডাকুশিংগী লোৎফম অহুম-মরি লৈরম্মি। মোংমা, কবোগী পাও পিবা খুপা অমনা তমহনা, কবোশিংছু, লাঙ্গোল চীংথক্তা ডাকুশিংগী লোৎফম ওয়রি হাইবা পাও অসি তারে। পাও পিবা মুখা অহুমসু থাঙ্গশেংবা মকমদি খুংদহনা, অসিমক্তদনি হাইবদি, হাইদে। কবোশিংছু, মতুং নোংমা কোমদা,

সেনাপতিগী য়াথং মতুংইন্না চাওমুংকেল হাইবা সার্দ্দার অমগী মথাদা কবো লাম্মী ৫০০ থমহুনা ডাকুসিং ফারকুবা থৌরাং তৌথি। ডাকুশিংগীস্থু, কবোগী মী শাক্তিন্নহুনা, মখোইগী চৎ-থোক-চৎশিনগী পাওপিবা মী লৈরম্মি। মখোইনা তমহুনা, হয়েং নোংজ্ঞানবদা লাকদৌম্বিবা কবোশিংগী, মবোন পুন্নমক খং-লবদা, মীতৈ ডাকুশিংহু, হয়েং তৌগদৌবা থওক শিন্নবগী-দমক য়ুমজাওস্নানা অথুবা পাও থারে। ডাকুশিংগী মন্নক্তা, য়ুমজাওস্না, ধর্ম্মসিং, বিজয়, তোম্পোক অসিনচিংবা মী খরনা লুচিংঙম্মি। মন্নাম তিন্নহুনা খন্নবদা —ধর্ম্মসিংসি কবোলোন য়াম্না শেংনা থোকপা, অমস্থুং শক্তাস্থ কবো মান্বনা, অচা-অথক থিনবা লাকপদগী মীতৈনা ফাহৌবা কবো শাহুনা, হয়েং কবো লাম্মীসিংনা হেক থোক্লকপদা উগদৌবা মফমদা লৈনবা শিন্নরে। অহুগা বিজয়বুনা ধর্ম্মসিং তান্নবকপা ডাকু শাননবা থৌন্নাং তৌহল্লে।

নোংজ্ঞান্নবদা কবো লাম্মীসিংহু চাবা থকপা লোইনরহুনা লাঙ্গোন তান্না চৎকদৌবগী থোক্লরক্লে। চাওমুংকেল সর্দ্দারহু, বিজয়গা কবো শাবিবা ধর্ম্মসিংগা ইন্নবস্থা, —অহুদগী, ময়ামহু থোক্লকপহু উবদা বিজয়না কিহুনা চেনখিবহু উবদা, লাম্নি থদ-দা—"তান্নু, তান্নু, চেনখ্রিবসি মীতৈ মান্নি" হায়রম্মগা, ধর্ম্ম-সিংগী মনাক তান্না প্রপ-প্রপ চংশিল্লক্লে। ধর্ম্মসিং, ( ইন্নকবহুনা রাহুনা স্যোর থবেৎ-থবেৎ হোন্না ) ইস্ শিরমগনিদা। ময়ামগ্না

থেংনরমগ্রবদি থরাই শোইদনা মাংঙমগনি। সর্দার— "নংবু, ঐখোইগী কবো নত্রা?" (ধর্ম্মসিংসি চাওমুংকেনগী ফিজেৎ উবদা সর্দারনি হাইবা খংদুনা) — "সর্দারবু নমাই ঐহাক কবোনি"। সর্দার—"চেনখিবহুনা কনানো?" ধর্ম্মসিং—"ননাইসিং মীতৈ ডাকুগী কাংবুনি"। সর্দার—"নংদি লাম্মিদ্রু মান্দে, করম তৌরিবা জাংনো?"—ধর্ম্মসিং—"ননাই ঐহাক ময়ামগী অচা-থক থিনবা, কখোদগী লাকচবা কাংবুনি। চীং যৌরকপা মতমদা, ননাইসিং থরা, ইথং-থংহৌদনা থোরক্লুনা, ননাই ঐখোইগী কাবুগী মীশিং লোইনবা হাংলগা, ননাই ঐবুনা কাদুনা, মখোইগী লাঙ্গোল হাইবহুদা, থবক শিজিন্নে"। সর্দার—"ভাইখো, ভাইখো, নংবু লাঙ্গোলদা নৈ হাইরিবা মখোইগী লোৎকম অদুদগীদ্রা?" ধর্ম্মসিং—"মানি সর্দারবু। ননাই ঐহাকপু, মহুদা থা অনিখোম ফাহুনা থবক শিজিন্নরম্বদগী, ভবাংদি, চেনবগী খুদোংচাবা ফংহুনা সর্দারখোইগী নৈফম অসোযদা চেক্কবকপনি। খুংদাংগী লোৎ লোৎতুনা, চেল্লকপদা, ননাইশিং থংনরক্লুবা তাম্নরকপদগী, তৌরি-বসিনি। সর্দারখোই থেংনরমগ্রবদি, ননাই ঐহাক শিনদি শোইদ্রে।" সর্দার—"নংগা উনবসি কহুম করে। ঐখোইস্না মীতৈ ডাকুশিংদুগী লোংফম থিবা লাঙ্গোন চীং তান্না চৎলিবনি। নংদি, মখোইগী নৈফম অদুদি খংত্রা?" ধর্ম্ম—"খংদে, ননাই-সিংনা নৈরিবদুদি শোংখ্রবা লোক্লুংদনি, লম্বিগকা নৈবা পোৎ নত্তে। সর্দারখোইনা লেংবদি থরা ব্রাবা তাই। সর্দার—"বারবল্ল ব্রানা ফারুদবা যাদ্রে। নংস্তু, লমজিংবগী মনা চাগুনা পিগদৌরিবনি। ডাকুশিংসি ফারগা লোইনা হাত্তোক্কগা যাদ্রে।

কবোশিংহ্, ধর্ম্মশিংনা লমজিংহ্না খরা চৎলগা, ধর্ম্মসিংনা —"আদা উরিবা খোংলম্বী মচা অসিগী মতুংইন্না খরা চৎলগা, অশোংবা মকম অমদা, মখোইগী লৈকমন্থ হেক্তা মরৈরে।" সর্দার —"অহুদি, কাখৎলো। কৌজসা! চীং অসি কাগদৌরিবনি। য়ামনা চেকসিন্নু।" লাম্মীশিংহ্ পরেং ওইনা চীং কাব্রবা মতমদা, ধর্ম্মসিংহ্ লম্বীগী নাকন্দা লৈরিবা অসোংবা মকম অমদা মশক উখিদ্রে। সর্দার—"লমজিংবা নৎবু কদাইদনোনে;" হাইরি-ঙৈদা, মথক্তগী মুংজাও ময়াম ওন্থরক্লে। লম্বীশিংদু থৈদোকে তৌবদা, নাকন অনিদগী, মুং, তেন অমমুং নোংথৈ তত্তনা কাপ-শিল্লকতুমা থৈদোকপা য়াহল্লে। লাম্মিশিং— ইঃ,—শিরে-শিরে, ঐয়ো-য়ো। লোইনা শিবা তারে কমদৌনি—সিদে। লাম্মীশিংহ্ তৌনিংঙাই লৈত্রে, লৈরিবা অহুদগী ক'রগুম্বা অমত্তা লেংথোকপা য়াহল্লে। সর্দার অহুগা, মী ১৫০ রোম শিরে, অশোকপম্বু ফনা য়ামনা য়াওরে। লাম্মীশিংহ্ উপায় লৈত্রহ্না— "থৌরাইদদি কললু, থৌরাইদদি কললু" হাইনা লাওনরকলে। অদুদা, মশক উদবা ডাকুশিংনা— "নখোয়না তৌখিবা হিংচা-য়ায়তমবগী থৌ-দৌশিংদু নিংশিংঙু। হাৎলু, হাৎলু, মুংশিবা য়াবা মী নত্তে, হাৎলু।" কবোশিংহ্— "ঐখোইনা লানবনি। থৌরায়দদি কনবীয়ু।" হাইনা হাইনা অশিবা মীশিং কনা য়ামশিল্লকলে, শোক্তবা মী য়াওশিল্লকত্রে।

মীতৈ মরক্তম্ব— "লৈপাক মচাশা, য়েংহৈহত্রে তৌরিবসি। মখোয়না হিংচা য়ায়তবগী থৌদৌ তৌবগী,— অয়াবনা শিরে,

মশা শোক্তবদি কনাম্ন য়াওব্রে। হিংলিবা ৫০/৬০ সিদি কনবিরসিদা।"ময়ামদু "করে, করে' হায়নরবদা, যুমজাওম্না —"ঐখোই মীতৈদি নখোইগুম্না মীপুংশি থংদবা জাৎ নত্তে। নখরাই হিংনিংলবদি, নখুং-নখুত্তা পাইরিবা নোংমৈদু থাদোকও।" লান্মী পবদু খুৎলাই থাদোক্লবদা, লুমহনা লৈনরম্বিবা মীতৈশিং মপান থোক্রক্লে। অম্মুন্না, কবো চামঙাগী মপুংদগী ৫০/৬০ দংদি মথরাই কনখিখি।

অ'সগী মতু' পুমিৎ ১০/১৫ নি কোনবদা, শ্রীযুৎ গম্ভীরশিং'স. ক'বা লান্মী শাক্লনা, কবোগী অচেং-অকোম যেংনবা ম'নিপুরদা লেংথোক্রম্মি। অরা-লান্মী মবক্তম্ন শ্রীযুৎ অসিগী মী লৈবনা মখাইগী খুডিঙ্না ইম্ফালগী লাম্বন মপুংদা হুমিৎ নিনিছুমনি লৈরূনা, কবোগী অচেং-অকোম অমম্নুং থংনিংবা রা পুম্নমক থংখি। অদুদগী, মীতৈ নহারোনশিংনা তৌরিবদু হেংহনা মখোইগী মরক্তা মতম খরা লৈরম্মি। মনিপুরনা খুন্তাক-লৈতাকতুনা, যুমজ'ও, কবা অমম্নুং দলাঙ্গা লৈহেংঙম্বা খুন পুম্নমক, উ রাগী শোণ্ড জঙ্গল ওইরনা মতৌদু উরগা, গম্ভীরসিংসি, তারক্লদোরিবা মীৎকি পি কল্লা খাম্বা লাক্লখি। গম্ভীরসিংগী —মরৈপাক নিংবগী মঙান তা'শংনা তাববা মাইখোং অদু লৈথোক্লুনা পি খাম্বা লাক্লবদু, পোগল চৎলবা নহাশিং অদুনা উরগা, মবোইম্ন মপি খাম্বা রানা থোক্লে। ওরাংতা শিখিবা অহম্নম্মনগী শক্তম নিংশিংহুনা, লংকৈদগী থুঙবা মচানা মথরাই

শোক্লা, মীদি উদনবা কপ্পগুম, গম্ভীরসিংনা কপ্পু উদ' ময়াম অদুম্ক কপ্লে। ময়াম অদুগী পুক্নিংদা লৈরিবা, লম্মন খুন্নবগী অচেৎপা য়াবেপশিংশু, অমুক হেন্না চেৎশিনবা হেনগৎলে। মতম অদু, কপ্পা হাইবসি পুক্নিংগী খাংভমদ্রবা মৈচাক ফেৎদোকপ-দদা শিজিন্নরম্মি। খোঙ্জেন থোক্লা কপ্পদি মুপী-অঙাং কাওবা চোপ্পরম্মি। হৌজিক্তদি কপ্পগী অর্থ লৈনদ্রে। ইকপ কপ্পিংদবা মীমু "প্রেম কৈফ" হাইনবা পাংকপ কপনরে মসি জাতিগী পুক-চেল শোম্বরকপগী খুদম নত্রা?

গম্ভীরসিং—ইনাওশা। কিতম অম্মুন্না লৈগদৌবসি পাংকুইদি কুইরব্রোইদ্রা হ'ইনা খল্লে। অপাংবা কবোশিংসি, মখাইদগী হেন্না খুৎকন-পাঙনবা বৃটিশশিংগে। লাল শোক্লগদৌবগী কন্না থোরাং তৌথংলে। মীশিংসু য়ামদবা ঐ'খাইদি, তঙ্গা অসিদা মীথা পোল্লিবসি কোক্রবা লম্বী য়েংহৌবা হাইবম্ মঙাইরে। সাহেবশিংদা কবোনা অয়ৌ-লংঙিবসি, ফনা কুইরক্রবনি। অদুবু বৃটিশশিংনা খুৎমাং চাওশিন্নিংদবদগী, কবোনা হান্না খুৎলাই থ.বা ঙাইহনা লৈরকপনি। চন্দক্তি মত্‌ পোক্কদারে। —ধর্ম্মসিং—ননাইসিং সাহেব কাংবুগী মপাঙ্গন অম্মুক্ত কল্লগা, কবোনা তৌরিবা পুন্নমক্তা, খুকউ শেন্বদগী হেন্না কৈন্দু তৌদ্রিবসি কনা—ঙকই। গম্ভীরসিং—মখোইসী কুটনীতিদা য়াম্না হৈ-শিংবা জাৎ-নি। মীতৈ য়াহৈদা,—'চাদশিন্না চথোম চাও, য়েংদশিন্না মিৎ-লাওবা' হাইবদুগী খৌদোনি, মখোইনা তৌরিবসি। অয়োনবা

মী থমহুনা, লৈপাক পুম্নমকনা তৌরিবসি ইখৎ খংঙি। লান খোক্লগদৌরে হাইবসি হায়না খংহুনা, মখোইগী মিচং কাওবা হায়না খল্লুনা থমলবনি। মতম চাকাৎত্রি হাইহুনা হাইদোক-তবদনি। ঐখোইসি মতম কুইনা কখোগা য়েংথিনবকলবা, অদুগা, মশকস্তু মুন্না খংবা কাংবুনি, হাইবা থংহুনা, মখোইগী মিচংদা লেপহনগে হাইনা খল্লি। ঐস্তু মতুগী তাঞ্জা য়েংহুনা লৈরিবনি। —বিজয়—ননাই ঐখোইগী আশা হাইববু শ্রীযুৎনি। মীতৈ পুম্নমকনা য়েংনরিবসি শ্রীযুৎতবুনি।

শ্রীযুৎ অসিনা, কাছারদা মীতৈগীদমক্তা তৌরিবা পুম্নমক, মনিপুরদা লৈরিবা মীতৈ লিশিং অমুম-মরিরেম আসস্তু, মীতৈ ডাকু অমসুং অচং অওককি মচিন্দগী লোইনা তানবে। মখোইগী থম্মাইহুংদসু, চোংথোকপিনবা মতিক চাবা মীতা থোক্লকলে, হাইবগী মুংঙাইহুনা, শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা তত্তুনা প্রার্থনা তৌনখি। অদুগুম্বা মীশক অদুনা, মনিপুরদা থোকলকই হাইব'স তবদা, মীতৈ পরক উনিংননা লাংতক্লহুনা যুমজাওস্না-খোইদা কয়া তক্লখি। শ্রীযুৎ অসি, মযামহুনা মুংশিবগী রা তাবদা, থুংদোং-খিবা থোকপা য়াবা পুম্ননক থৌশদনা ময়ামগা উননবা ঙমিং অমা লেপখি। গম্ভীরসি সি কবোশিংনা মশক হেক উবদা ফাহুনা কবো তয়া পুশেমগদৌবিবা মীনি। ঙমিং অসি যুমজাওস্নান-চিংবা নহারোনশিংনা চিংনবা মীতা চংঙকপ্রা হাইহুনা চেকশিন্না য়েংখি। মতু তারগা শ্রীযুৎ অসি নোক্লুনা,— চেকশিনবা কত্তে

হাইবা নত্তে, শ্রীগোবিন্দগী কৃপা হাইবা অমম্থ লৈরিবনি। মসিগুম্বা কাকমদা শিবসী রাখল তৌবা য়াদে।

ফুমিৎ অদু মতম চানা মীতৈ থর লৈবিবহু ভিল্লরে। ময়ামদু শ্রীযুৎকি মশক উবদা ভক্তিগী ইরা শিম্থনহুনা থুরুম-লৈপাইনরে। শ্রীযুৎ অসিম্থ মীগ্তা ইরা চেন্দুনা—লৈপাক মচাশা। রাবিকবন্থু, চহি মুকসিগী মন্থুংদা ময়ামগী অরাবা কোক্লনি। ময়াম—শ্রীযুৎ ইবুংঙো। মতম পুন্নমক্তা, শ্রীযুৎনা মঙ্গল ওইনবতা হাইদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা নিজরি। শ্রীগোবিন্দনা লেপ্প-মক কৃপা তৌবিবা ওইরসগু। বিজয়—"লৈপাক মচাশা! শ্রীযুৎনা লৈতেংবিরিবা বংশ অসিগী থবক হাইবস্থু, মনিপুরগীদমক ফুঙাই-য়াইক পুন্নমক থাদোক্লুনা নোম্বনি। কর্ত্তা মহারাজ হাইনা মিংথৈ হুনখিবা, মপা ইবুংঙোগী স্নাহাক্তক্তম্থ, খেলৈম্থংনা: তেলহৈবনা য়েক্লবা কবো পুশিল্লক্লুনা লৈপাক অসি অরাবা ভারবদা, মপা ইবুংঙোনা অরাবা কয়া থাংহনা কবো তাম্মোকপিখি। স্নাহাক্তক-সিদম্থ, পুম্মুং-মুংলবা কাংবু ঐখোইগীদমক, মমল নাইত্রবা থো-রাই অসিগী পামমুবা লৈতনা নোম্বিবিবা অসিনি। মসি, মীতৈ হাইবা কাংলুপ অসিগী থম্মোইদা ময়েক লানা" য়েক্লুনা লৈরগনি। গম্ভীরসিং—"ময়াম্না চানবিবা অসিদা ওম্মোক্না পুংঙাইজরে। মীতৈ ঐখোইগী মীথা পোম্নিংদবগী পুকচেল অসি, চাবোল-সুরোল মথং-মথং কাওবদা লেংদনা লৈবা ওইরসগু। মসিনবু লৈরবদি, কবোগুম্বা কয়াগী হুংশিহৈতবা থোদো কয়া নংহনস্থ, ঐঙোন্দগী

হেনবা কয়া-কয়া চোংথরক্লুনা, লৈপাক্কি অরাবা কোক্নবা সোইদনা হেদ্ হনরগনি। হোংবা নাইবা মতমগী, খোংলৈ মতুংইন্না, অসি-গুম্বা থৌদো অসি মতুং অসিদা, পংনা থোক্ররোই। হাই-জরিবসিন, পুক্চেন অসিনবু লেংদনা লৈরবদি, মীতৈবু নমথহ্নুনা থম্বা থক যাদ্রোই। —ঙসিসি লেংক্লিরক্লে, মতম ফত্তবনিনা ময়াম্মু হন্নবা তৌবিবো। ঐস্রু, মযাম্না শিনবিরিবা শিস্তা অসি পংনবা হোৎনজকরগ।" মতম অদু, মীতৈ পুম্নমক্কী পুন্নিং ইনৌ-শৌব মতম্ম। অদুনা, মযামদু তৌনবী ভক্তি কৎনরগা, মীংকি পী কংনদনা হন্নখি। মদুগী নোংডানবদা শ্রীযুৎ অসি মণিপুর থাদোক্লুনা লেংথি। মনিপুর রাজা লানথ্রবা মতুংদা কাবাশিংম্ভু খংহকহ্নুনা কাগদোবগী কোযথি থিনবদা, অরেম্বা তাহ্নুনা তোকখি।

## [৩]

### গম্ভীরসিংগী থৌরাং।

গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌসি কছার থাদোকহ্নুনা চেনখ্রগা, অহাম্বদা, সাহেবতা চংজহ্নুনা—"গম্ভীর সিংনা নিংথৌ খুতম মুনবিবে, অদুনা, অমুক হঞ্জিন্নবা মতং পিবিয়ু" হাইজকই। সাহেবশিংনা থন্নবদা, —মখোইনা খুতম চনবা লম মকুদা থোকপা থবক নত্তবনিনা,

খুৎ থিংজিল্লুবা চুমদে হাইনা খন্দুনা, মতেং পিয়্ হাইবা য়াখিদে। অদুদগী, গোবিন্দচন্দ্রসি, আরাকান্দা লৈবা করো সেনাপতিনা পুশিন্দুনা, বগিদো নিংথৌগা উন্নরগা—"মীতৈ নিংথৌ মচাশিং তিন্নদুনা মাবু তাম্বোক্লগা, গম্ভীরসিংনা নিংথৌ ওইহৌবা" অসিগী মরমদা য়াকংলে। বগিদো—"মীতৈ নিংথৌমচাশিংদুদি, ঐথোইনা লান ঙমলবা মতুংদা, লোয় ওইয়্ হাইবা য়াদবা, মীচন ঙাক্কনি। মথোইদু কারগা মতিক চাবা দণ্ড তৌগ, হাইদুনা লৈবিবনি। অদুনা, বৃটিশ তাম্থাকপগী খোংফম অসিদা, ফাহল্লগ নংগী নবম হন্দোকপিরগা, নংবু নিংথৌ অমুক সোইদনা ওইহনগনি" হাইনা আশা পিরে। সোমদা, বৃটিশশিংসি, গোবিন্দচন্দ্রনা, মথোইগা য়েক্লবা কবোদা চংজবগী বা তাম্লক্লে। শিলহেটকা ক্রেক তাই-নবিবা কাছারদা, য়েক্লবগী খোংদাকম পিবসি তৌহন্নদনা সাহেবশিংমু—গোবিন্দচন্দ্রবু মরৈবাক হল্লিনহনগনি হাইদুনা কৌরগা মথোইনা ঙাক শেন্দুনা লৈবা মী-ওয়না থমদুনা, কাছার অসি মীতৈ নিংথৌমচাশিংনা খুৎথিংজিন্দনবা শিনবা হোৌথি।

অম্মা, ভারতকি অরাং-নোংপোক থংবা লমসিদা, খোক্লগ-দৌরিবা লানগীদমক কাংবু অনিমক শেম সানরে। গম্ভীরসিংসি তাঙ্গা চারে হাইবা খংলদুনা, নোংমা শ্রীহট্টগী এজেন্ট সাহেবকা উন্নরুই। এজেন্ট সাহেব অসিমু, গম্ভীরসিংগা, কাছারদা খুৎ-থিংজিনবা তেংকুবা, অমদি, লান অসিদমু বৃটিশকি মিচং ওইনবা বা ঙাংননিংদুনা লৈরম্মি। সাহেব অসি গম্ভীরসিংবু তরাৎ-তরাম্না

কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নরগা, হৌনবী মতুংইন্না থংনা-চান্নবগী রাম্নি-রা-তাই ঙহাক শান্নবে। অদুদগী, এজেন্ট সাহেবনা হংঙকপগী মতুং-ইন্না, মনিপুরগী ফিভম—কাছারগী ফিভম—মচিন-মনাওশিং য়াম্নদুনা মানা নিংথৌওইবা—বগিদৌনা, সাহেব তাম্হোকপগী রানা মরু ওইনা থল্লগা, গোবিন্দচন্দ্রগী রানা লংজিন ওইদুনা কাছারদা তাবক্তদৌরিবা, পুন্নমকসি সুগাইনা তম্মে। সাহেব—"ওসি, রাজা সাহেবনা লেংঙকপসি য়াম্না ফজে। ঐসু রা থরা হঙ্গৎচনিংদুনা লৈঙম্মিবনি,—থাঙ্গশেংবদি, ঐখোইদি লান তৌবসি ইপাম পামদবনি। অদুবু, বগিদৌ নিংথৌনা হুজিক কাওবা খল্লিবা রাথল অসিনা মথা চৎথরকুনা, ঐখোইদা কাইরগদৌবা লৈববদি তুম্মন্না লৈবদি য়ারোইদৌবি। —রাজা সাহেবনা তাকপিবা মতুংইন্না, গোবিন্দচন্দ্রদা কাছার লৈপাকসি হন্দোকখিবদা থোই-দোকপা আপত্তি লৈবিদ্রেদনা?" গম্ভীরসিং—লৈজদে, সাহেব। ঐসু মতম তৌগে হাইনা খন্দুনা লৈজরম্মিবনি।" সাহেব—"ঐনা হাইজনিংবদি,—কবোশিংসি রাজা সাহেবশোন্নগদি মমাং-ঙৈদগী হৌনা য়েক্নদুনতা লাক্লবনি। হুজিকমকসু মনিপুরসি মখোইগী মখুত্তা লৈরি। অদুনা, ঐখোগীসু য়েক্নবা, রাজা সাহেব-খোইগসু য়েকনবা ওইবিবা কবোশিংসি, তাম্হোক্লবা তোংবদা, মরূপকি ফিভমদা ঐখোইগী থতেং পাংবিয়ু। অদুগা, মনিপুরদগী মখোইসি তাম্হোকপা মতমদসু ঐখোইনা অঙম্বা মতেং পুন্নমক লোইনা পিজগনি।" গম্ভীরসিং —"তাকপিরিবসুদি ঐখোইগী লাইবক ফবনি। অদুদা— থংবিবিবদুনি, ঐখোইদি মীচেন ওইদ্রনা,

ঐখোইগী লৈজরিবা মীশিংদস্থু খুৎলাই মতিক চানা পাইহনবা ৩মজ্রবা মীনি।" সাহেব—"রাজা সাহেবপু, ঐ মুন্না খংজে। মতিক চাবা মীনি হাইবা খংহনা হাইজরিবনি। অহানবদা, রাজা সাহেবকিস্থু, ঐখোইনা মতেং পুমনমক পিহনা, মীতৈগী লান্নি কাংবু অমা থম্বিবা,—হাইরিবসি বাজা সাহেবনা নিংতৌনা শিক্লিন্নবিগদৌবনি। অহুদগী, ঐখোইনা হায়জরকপা মতমদা, ইকাই খুম্নবা মরুপকি ফিভমদা, মতেং পাংবিবা, অসিনি। গম্ভীবসিং—"ফিভম অদুদা ওইরবদি, ঐ হবা৩না য়াজরে।" সাহেব—"মসিগী মরমদা হান্নবা খন্নদুনা লৈরবনি। অহুমকপু, গোভরনার জেনেরেল সাহেবকি অরোয়বা যাথং অমুক্তদি লৌজ-শিগে।" গম্ভীরসিং—"ফনি সাহেব।" সাহেব—"ঐনা খঙ্গবদা, অরোয়বা পাওসি যাম্না থুনা লাক্নি হায়না খঙ্জে। মসি লাক-ত্রিবা ফাওবা ঐখোইগী ইকাই-খুম্নবা মরুপ ওইনা', শিলেটসিদা সুম লৈবিয়ো। গম্ভীবসিং—"য়াম্ন ফরে রাহেব।"

তুম্নিৎ খরনি সিলেট লৈবিইদা, গম্ভীরসিংসি সাহেব অহুগা নিংতিগী উন্নহনা রাবি-রাতায শামিম্নৈ। এজেন্ট অসি মাগী পুক-চেল, চাওবা, অমসুং, তুংদা থোক্লগদবা থবক উশিনবা অহু উবদা—'কালা আদমি-মক' ওয়্রববস্থু, ইকায়-খুম্নবদা মতিক চাবা মীনি হায়না শাজরস্থু চেৎশিনবা হেঙ্গংখি। অসিগী মতুং তুম্নিৎ তরা-নিমক্কম কোনবদা, গোভরনার জেনেরেল সাহেবনা, নোংপোক মাইকৈগী এজেন্ট ওইরিবা দেভিদ স্কোত হায়বা সাহেব অহুদা,

তৌগদৌবা পূন্নমক শিন্নদুনা, খারকখি। স্কোট সাহেবসি গম্ভীর-সিংগা উন্নদ্রিবৈঙদা, মাগী মতমদা নিংথিনা থংনবা, শিলেট'ক এজেন্টকা ব্লারি তৌনরে। দেভিদ স্কোট—গম্ভীরসিং হাইরি-বসি ঐনা সোমদা লৈবৈঙদা হান্না থংনবা মীশক্লি। মতম অহৃদি, মসি, কালা আদমি ওইরবন্নু, থাজবা য়াবা, মথৌনাম্নু লৈবা মী ওইনা উখি। হুজিক্লা করম তৌরিবনো? মিঃ এজেন্ট —ঐগু অহানবা অমুক অনিবক উন্নবদা, অদোম্না খনবিবগুম্না, চুম্নগী মখৈপাক পুংশিবা মী ওইনতা মরোরম্মি। থবক্ত মতুংইন্না উন্নগা তৌবদগীদি, মাগী মগুণ নিংথিনা থংলে। মসি, কুচুমুবা মী নংলমজ্ঞবদি, ঐখোইগী ইরক্তগু, জেনেবেলগী মতিক চাবা গুন চেনবা, পুকচেল চাওনা মীশক্তি হাইনা কাওহমগদৌবনি। ঐদি মাবু মপুন কানা পাজ্ঞবা পোকপল। দেভিদ স্কোট - "অদু ওইর-বদি, ঐখাকনা পাম্মিবা মীশক হাইবত্ত থেক্রে। —অহানবা চৌগৎপা ওইনা মী ৫০০ না শাবা লেভিজ কাংবু অমা, বৃটিশ সরকারনা মতৌ পুমনক্ক পিতুনা সেমগৎহল্লসি। কল্পি হাযরি-বনো? মিঃ এজেন্ট—য়াম্না ফবে। দেভিদ—অদোম্না, গভরনার জেনেবেলদা রিপোর্ট পিরকপদা—মীতৈ নিংথৌমচাশিংসি হিংন-বগীদমক চহি খুদংগী শেন থব থরদং পিরবদি, গোবিন্দচন্দ্রবু নিংথৌ খুভম হল্লিনহন্নদা, আপত্তি লৈব্রে হাইবিরকপদাই? মিঃ এজেন্ট - অচুম্বনি, কাছারসিদা তৌনখ্রিবসি—অহান্নদা, চৌবজিংকা গম্ভীরসিংগা মচিন মনাও অনি, মারজ্ঞিংনা তাম্হোক্তুনা কান্তাবদা চেন্নক্তুনা লৈবরে। অহৃদগী, মারজিৎ অসিন্নু কাবোনা তাম্হোক্তুনা

অসিদা চেন্নক্লে। মচিন-মনাও অহুম অসি নিংঙ্গেল মান্নদহুনা থর থৎন-চৈনরম্বদগী, মথোায় মশেন য়ান্নরে। থর চৈনরগ গোবিন্দ-চন্দ্রগা মচিন-মনাও অহুম অসিগা যুংঙাইনবকত্রহনা, মাবু তান-খোক্লগা, য়ান্নবগী মতুংইন্না গম্ভীরসিংবু নিংথৌ ওযহন'থ। নিংথৌ খুভমগি মতাংদনা—মখোই অহুমক ঐগীসিদা লাক্লুনা—জীবি-কাগী শেল থৱ-থবদৎ পিন্নবদি গোবিন্দচন্দ্রবু নিংথৌ খুভম হঙ্গিনহনবদা আপত্তি লৈত্রে হাইনা মথুং-মথুংকি সহি তৌদুনা লৈরিবসিনি।” স্কোট—অহু ওইববদি, সরকারনা নিংলিবসি নিংথিনা পাংথোকপা য়ারনি।

গম্ভীরশিংসি সাহেব উন্নবা চংঙকলে। সাহেব অনিমক হোৌগংতূনা ইকাই-খুম্নবা উৎলবা মতুংদা ফম্মিন্নতনা: মেঃ স্কোট—রাজা সাহেবকা হান্নত্তু উন্নগনা থংলখ্রে। ইন্দকম্ভু উন্নবগী খুদোংচাবা ফংবসিদা ওস্থাক্লা মুঙাইদে। রাজা সাহেবা ঐনা লাকচরিবসি, ঐখোইগী সরকারনা রাজা সাহেবকি গুন খংলগনা,' মকুপকি ক্ষিভমদা মতেং পিনবগী ত্না থন্নবা, অদুগা, থবক অতৈ-অতৈম্ভু পাংথোক্কদবা থম্ন লৈহুনা লাকচরিবনি। ঐনা তাঙ্গবদা, গোবিন্দচন্দ্রনা মাগী মপা-মপুগী খুভম হনজিনবদা, রাজা সাহেবখোয়গী আপত্তি লৈত্রে হায়না তাজে। গম্ভীরসিং—শিলেটকি এজেন্ট সাহেবতি তৌনথ্রিবা পুম্নমক থংবিরারনি। অদুমকপু সাহেবতম্ভু শম্না রারি তৌজগ— ঐখোইনা উপায় লৈত্রহুনা মনিপুরদগী চেল্লকপদা, গোবিন্দচন্দ্র অসিগী মম্নাম্বা

কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌনা লৈকম পিহনা অরাবা কোকহনখি। কাছার লৈপাক অসি মপাঙ্গন রাৎপা মরম্না, ঐখোইগা লোইনবকপা মীশিংদু কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইজবা মতুংইন্না লৈপাক অসি ভাক শেনবগী থবক্তা শিন্জন্নরে। কৃষ্ণচন্দ্র শিখিহনা গোবিন্দচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবদগীদি, মাগী লৈপাক অসি ঐখোইনা মুন্দুনা লৌগদৌরে, হাইবগী চিংনবা হৌরে। ঐখোইনবু ভোগে হাইনা খল্লমলবাদি, কৃষ্ণচন্দ্র শিবা হাক্তক অদুদম্ম লৌশিনবা যাবনি, অদুবু, মচিনমনাওনা লৈফম পিদুনা, ঐখোইবু ইনিং-ইখা তৌনা লৈহনবগী তৌবিমল কাওদবনা, অদুগুম্বা অচোম্বা রাখল অদু থক খল্লুদে। ঐখোইনা লাকপদা কাংজৈগী সংগোল থবা য়াওরকই। মতুদগী অকবা থন্দুনা শিন্নবা মক্তদা, গোবিন্দচন্দ্রসি খোংখোৎপা লোইনা পিযু চাইজিল্লক্লে। সংগোল কাংজৈ চাইবসি ঐখোইগীদি অপাম্বা মশাম্বা ওইবনা, খোংগোংপা অদুমক্তি পিখিদ্রে। মতুগী মতোন্ন অদুগা চিংনবা অদুনে অমিনা, নোংমদি সভামাংদা ঐ থাখিনা ইকাইবা পিখি। ইজ্জৎ মাংবা হাইবসিদি শিবনা কবা পোৎনিনা, ঐগা অন্নাকপা খোন অমা অনি থানখি। হাক্তক অদুদগী মতোমতা ইকায়জবক্তুনা চেনখ্রিবনি। মাবু ঐখোইনা ভাম্হোকপা নত্তে। ঐখোয় মশেন লিংজেল মান্নদবগী থৱ-থংনা চৈনবা তৌনখিবতদি মাগা মথম লৈনবা পোৎ নত্তে। মা লৈত্রবা অদুনা, ঐখোয় মশেন য়াম্নহনা, ঐন লৈপাক ভাকপদনি। মসিনা ঐভোন্দা কান্নখিদবাদ নত্তে, ঐম্মু নিংথা তম্না চেল্লকপা মীতৈ ময়ামগী সেবা তৌবা ঙমহৌই। হুজিক্তি

মীতৈশিং চেন্নরকপস্থু তোকখ্রবনিনা, মানা নিংথৌ খুকম হন্জিন্নবদা ঐগী আপত্তি করি অমত্তা লৈতে। ইসানস্থু, মাবু কৌশিন্দুনা খুভম শিন্নগে হাইনা থক্কুরম্মিবনি।

দেঃ স্কোট—রাজা সাহেবকি রা তাবদা য়াম্না মুংডায়জরে। মাবু নিংথৌ খুভম হনজিনহল্লগা, কাছার অসি ঐখোয়না ভাক শেন্দুনা লৈবা লমনি, হায়না, লাওথোক্লবা তৌজরগে। রাজা সাহেবকি মতেং পাংবগী মরমদা, বডলাটনা ঐভোন্দা তাক-পিরকপদি—"রাজা সাহেবকি লৈরিবা মীশিংসিদগী, চামডানা লেভিজ কাংবু অমা শেমগৎপিরগা, মতুগী খরচ পুন্নমক্লা সর-কারনা পুশেগা। মাসি রাজা সাহেবনা নিংতম্না শিজিন্নবীগ-দৌবনি। ঐখোইনা হায়জরকপা মতম মত্তমদা মতেং পাংবি-রগা, রাজা সাহেবনা মনিপুরসি হন্দোকপিগে হায়বা মত্তমদা, ঐখোয়নস্থু অঙম্বা মতেং পুন্নমক পিজবা," অসিনি। মী চামডা অসি, অহানবা হৌগৎনবগীদমক্তনি, দরকার লাক্লবদি মশিং হেন্নৎপস্থু যাগনি। গম্ভীরসিং—যাম্না মুংডাইজবে। মীচেন ওই-দুনা লৈরবা ঐবু, মরুপকি ফিভমদা থম্বিদুনা, মতেং পিবিগ-দৌরিবা অসিগী তৌবিমনদি পুন্সি চুপ্পা কাওজরোই। সাহেবনা চানবিদুনা, ঐনা হায়জবিবা রা অসি, বডলাটতা থাহনবিখ্রবদি য়াম্না মুংডাইজগনি। দেঃ স্কোট— ঐগীদি তৌকম থোকপা থবক্লি। ভসিমক শোয়দনা থাহনজগ্রনি।

মনিপুরী লেভিজ অসী গম্ভীরসীংনা নীংবগী মতুংইন্না ইউ-রোপশীয়ান আকীসারসীংনা ভ্রীল তম্বী। খুৎম্নু-খুংলাই, অমম্নুং

শেং-চাবা পুনময়ক সরকারগী সিকাইগা মায়ে। হলপসু থা থাগী কাংভন্মি মপি শেম্বা লোইরবদা, থবক পুন্নমক পুশেম্বা ওম্বা, মতিক চাবা মী অমগি দরকার ওইরক্লে। মতম অসি য়ুমজাও য়াদ্রি লৈখিদ্রে। মা নত্তবদা, মতিক চাবা মীগি বাখল তৌবদা, গম্ভীরশিংসি নরশিংগি য়া নিংশিঙলক্লে। নরশিং হায়রিবসি গম্ভীর সিংগা চায়না তিন্নবকপা মীনি। য়াম্না নক্লনা সম্বন্ধ লৈনরবসু গরীবনিবাজ মহারাজগী মপু ভদ্রসিংনা পোকপনি। গম্ভিরসিংনা খরা অহলনি। অনি অসি, মতম কুইনা চাকলুক অমত্তদা চাশিন্নদুনা তিন্নরম্বদগী, নোংমাদি কৈস্ন লৈতবা মরম অমদগী খোন হেল্লিন্নখিদুনা, ইকাইনবদগী চংলখিদে। তাঙ্গা অসিদা, চৌরজীৎ অমসুং গম্ভীরসিংসি মারজিংনা তাম্লোকুনা, কাছারদা চেনখিবদগী থংনবা অদু তাইশিন্নদনা, অদুম মরৈনপ্তে। অদুদগী, মারজিংকি হাক্তক্পা, মনিপুরনা খুন্থাক্রকদা, নরসিং অসিসু কাছারদা চেল্লে। অদুবু, গম্ভীরসিংগী মনাক্তা চংবা হন্নোইদুনা, তুলারাম কোৗবা মীতৈ নিংডান্না পোকপা, য়াম্না তৌবা ওম্বা হাও সর্দার অমগী মী ওইদুনা লৈখি।

গম্ভীরসিংসি নরসিং কাছারদা লৈরে হাইবা খংলদুনা, হান্না হুংশিনখিবদু লৈরি-লৈতে হাইবা খংনবা, চাং য়েংগে-হাইনা থল্লে। তুলরাম হাইরিবসি, অচাওবম তানবা, তৌভমদবা লৈত্রবা মীনি। কাম্নপদৌবা য়েংলুনা মীশক হোংনা-হোংনা তিন্নে। মতম খরা গম্ভীরসিংগী মীচং ওইবা লৈরম্বদগী, বৃটিশ সরকারনা

মাবু থাজবা, অমম্বং ইকাই-খুম্নবা হেন্গংলকপা উবদা কলক্লুনা, অচেংবা কোইথি-থিরম্মি। গম্ভীরসিংসি তুলারামবু মশক মুম্না থংহুনা, মাগা চান্নবা তিন্নবা মী কাওবা থাজরমদে। অহুনা, করিগুম্বা লৌতুনরবগত্রা হাইবগীদমক নরসিংবুসু চিংনরম্মি। নরসিংসি তুলরামগীদগী খুংদাং থেংনা হেক হেক হন্নকই। নোং-মদি, গম্ভীরসিংসি তোগদোবিবতু মী থংহনবংদহুনা থৌগল কনাম্ব য়াওদনা নরসিংনা হল্লকপা ভাইহুনা লৈরে। হল্লকপা উরবদা গম্ভীরসিং—"ইনাও নত্রা?" নরসিং—"কনা ওইবগে?—য়েঃ, য়াম্মুং ইবুংঙো ওইরবোইনা (থাংখুমদগী থাং শংকে তৌব)। গম্ভীরসিংসি নোক্লুনা—"হাইবো ইনাও, থাং অদু থমখো। ইনাওদি, তুলারামগুম্বা মীগা তিন্নহুনা মীশক ফাওবা কাওব-মাল্লে। কৈকনু লৈতবা মবমদগী হৌচিন-ইনাও তৌনথিবত্ত, হুদ্রিক-তদি, থাং শংপাগী রাখল কাওবা য়োবরোইরে?" নরসিংসি ইকাইহনা থাং অদু থাংখুমদা হল্লিন্নগা, খুরুমহনা—"খুংদাং অসিদা থৌগল কনাম্ব য়াওদনা তৌরবসিবু—?—য়ারাব করি তাকপিগদোবা?" গম্ভীরসিং—মতম অসি, থাজবা যাবা মী লৈদ্রে। ইনাওবুদি হান্নবা শক মুম্না থংবনিনা শেংনা হাইজগে—ঐনা, মী কনাম্ব য়াওদনা তৌরকইবসি, ইনাওগী পুকচেল থংনিজ্রবনি। মরক অসিদা, তৌনথিবতু কাওবা য়াবা থৌদোক কয়ানা মরক থনগ্রে। অদুবু, ইনাওদি কাওজ্রিমাল্লে। কাছার অসিদা ঐ লৈ হাইবা তাবিরমগনি। অদুবু, ঐগী নাকুদি চংজনা, তুলারামগীদা চংঙ্ রিবনা করিগীনো?"

নরসিং—"ননাই ঐনা লানবা ভাক্তনি। হেক খুংবগা য়াম্বুং শ্রীযুৎ খুরুমগে নিংজরকপনি। অদুবু, য়াম্বুং শ্রীযুৎনা নিংথৌ ওইরনা লৈবিরম্বদুদা—নিংথৌ হাইবসিনদি চিংন-চাওবনিনা, মমাংলৈগীদু পুকথা-লিনখা থাবিরমগদ্রা হাইবগী চিংনদুনা খুরুম-জরমদ্রবনি।" গম্ভীরসিং—"ঐনা পুক্রিংদা চিংনবা করি অমত্তা লৈতে। ইচিন-ইনাও শক অমুক্তং উন্নবদা নোক্তুনা কাওনখি-গদবদু, তাপ্পানা য়াথিদ্রবননি। হুর্জিক্তি, পুকচেন তেংথোরবসিদা ওংথোক্লা নুংঙাইরে। —হাপ্পা তৌনখিবা রারিদু অমুক্তা নিংশি-নখিসি,—মতম অদুদা, য়াম্বুংসিংগী কাম্বাম্বা পুকচেলনা, লাই ওইপ্রবা পাবুংম্নাথ্যানা তাকপিরম্বা, "মথং-মথং নিংথৌ ওইনৌ" হায়রবদু থুগাইবক্রবদা, ঐথোইনা, নুংঙাইখিদবদু নিংশিংলিব্রা? মীশিং য়াম্বগী নাপন্না মথেই কায়রবা কবোশিংগী, নাপন নৈথেক-নবা নন্নখবা রাশিং, অদুগা, ম্নাইলপাক্তা, নিংজবগী লৈবাং কয়া-কযা কংশি হাইনখিবশাদু নিংশিংভিব্রা? অদুগুম্বা ম্নাইলপাক অদু, হুর্জিক্তি য়েন্নবনা খোংনেৎনদুনা, খুন্তাক-লান্সি ওইরিবসি উরেদনা?" নরসিং—(খুংদা য়াল্লবা থাংশাং অদু গম্ভীরসিংগী খোং মনাক্তা থমলগা, খুরুমজনা) থাং অসিগা কোম্না ভক অসি ম্না চরন্দা কৎলবনি। ননাই ঐনা লানুবা ভাক্তনি। ম্না চরম্না কুপা তৌবিয়ু। গম্ভীর—(নরসিং কোন্দুনা) ঐনা নিংবা থুডক্লে। নরসিং—"য়েক্লবা মরক অসিদা ম্নাথোগল কনাম্নু থাও-দনা লেংডক্রিবসি চুমদবনি। ম্নাথোগন তৌজরগে, লেংশিল্লসি।" হুর্মিং অসিদগী, নরসিংসি য়ুমদা হন্দনা গম্ভীরসিংগা অদুম লৈমিন্নথ্রে

নরসিংশি চুম্বিং ছমনি গম্ভিরসিংহগা লৈমিন্নদুনা চেঙ্গোগদোৱা থবক পুন্নমক থংলে। সাহেব অফিশারশিংগন্না গম্ভিরশিংনা পুশিন্দুনা থংনহল্লে। মন্নামদুনা, গম্ভীরশিংবু ইকায়-খুম্নদা লুনা তৌবহু উবদা, নরসিংশি, গম্ভীরসিংগী খৌনা অমসুং মরোশিং থাগৎতবা শুমথিদে। মতম অদু, কালা আদমিবু সাহেবশিংনা ইকাই-খুম্নবসি পংনা তৌরমদে, চাওখত্তবা মীনাই-মীশনগুম্না হংঙোইনা তৌরম্মি। অমিগী মতুংদা, নোংমা, দেভিদ স্কোট, সিলেটকি এজেন্ট অমসুং মিলিটরীগী আফিসারসিংগী মমাংদা, নরসিংবু মনিপুরী লেভিজগী কমান্দিং আফিসার হাপখি। নরসিংসি মিলি-টরী সিক্লাইশিংনা নিত্তিগী তৌরিবা ড্রিল, অমসুং অনৌবা মওংগী খুৎসন্ন-খুৎলাই শিজিন্নবগী মরম থংনবা, ঢাকাদা মতম খরা লৈরকপগা, হল্লক্তুনা লেভিজগী দায়ি পুন্নমক পুশেমখি।



## [8]

## কবোগা ব্রিটিশকা শোক্নবা লান।

কবোনিংথৌ বগিদোংগী য়াথং মতুংইন্না, কবো লাম্নি মন্নাগ কাছার তন্না কুজিল্লক্লে। মথোইদু কাংলুপ অহুম থোক্না থাইদোক্নগা, মী লিশিং মরিনা শাবা কাংলুপ অমনা— ( ১ ) নন্দকু্দেন

সেনাপতিনা লুচিংহনা, আসামগী ভর্তিকা চাৎ লম্বীবোমদা লাক্লুনা কাছা'র তরকই। (২) মী লিশিং মরিনা শাবা কাংলুপ অমনা, মুলাঙ্গন চাংলখি লান্দুনা জয়ন্তিয়া লৈপাক কাওরকই। (৩) অতোপ্পা কাংলুপ অমনা মনিপুরদগী লাকই। মনিপুরদগী লাক-ইবশিংসি করো অশেংবা ডাক্রনি। মথক্তা হাইরিবা কাংলুপ অনি'সবদি, করোগী অশেংবা লাম্নী লিশিং অনি-অনিরে'মদা ময়াওই ৫ হৈনে। অহানবগী কাংলুপ অসি শিলেট্টগী মাইল নিঙ্যড়া দং থাপনা লৈবা, কাছারগি বিক্রমপুর হাইবা মফম অদুদা লাম্বন শাহনা লৈবে।

বিক্রমপুর যৌনা যেক্লবনা চংশিল্লকপসি উবদা, চৎথোক চংশিন খুদোং চানবগি দমক শ্রীহট্টদা লৈরিবা বৃটিশকি লাশ্মিশিংভু শেম শাহনা লৈবেদি হাইবত্ত, হুকুম ফংদহনা থুৎতি থোক্লদ্রে। মতম অদ, গম্ভীরসিংদি সাহেবকি সিফাই থরগা' লে'ভজগা তিন্নহনা কাছা'র অসি ডাক্রনা লৈরম্মে। মনিপুরদগী করোশিংদুসু কাছা'র তারক্লদো'র, হ'যবসি তংবগা, গম্ভীরসিংসি, মাগী মী চামডা অপ্পদা পুহনা, করোশিংদু থংতুনা লানথেংননবগীদমক চংখি। মাসা চংলমদাইদা, শিলেটকি এজেন্ট সাহেবতা, মী থোমজিল্লক্লবা চিঠী পিরম্মি। অদুবু, হুকুম ফংদবনা', মী থোমজিল্লক্লবসু তোথ্রদ্রে, গম্ভীরসিং মশাবুসু হল্লক্লবা থংনখি। অদুনা, লান থবা থেংনহনা, করো ৪০/৫০ হাংলমলগা, লেভিজগী মী অমত শোক্লনা গম্ভীরসিংসু হল্লক্লে। গম্ভীরসিংগী মতেং পিখিদবসি,

দেভিদ স্কোট অমসুং মিলিটরি আফিসারশিংনা য়ম্না পেন্নখিদে। মনা খেমচ্চনসু য়ায়রোইদোবা কবোশিংবু, খেমছনা লান তোক্কবা, হোংনবদি, অয়েম্বদা মতম মাংহনবদা মতুনা, মখোইগী ফিভম চেৎশিন্না হেন্গৎনবগী খুদোংচাবা শিবদনি, হাইনা, গোভর্ণমেণ্টকি খৌদোব খিনা ভাংনখি। কোন্থংদদি, সরকারগী অয়ানবা খংভ্রুনা মুংভাইতবা ফোংদোকখি। বৃটিশ সরকারসি, দেভিদ স্কোটপু, লান তৌনদনবা, চিঠী মথং-মথং থবা চৎনহন্নগা য়ায়কত্রহনা লান তৌবদা লেপখি।

অহান্বা শোক্কবা লান্দদি মনিপুরী লেভিজবু, নিংথিনা তম্বিনা মিলিটরি সিকাই নত্তে হাইদুনা, লান য়াওহন্নমদে। গম্ভীরসিং মশাবুনা, কবোগী অচেৎ-অকোম, অমসুং কাছারগী লম্বিৎ-তুম্বিৎ মুম্না থংবা মী অমা ওইনা, লানগী রাতাম্নবদা মযাওহন্নম্মি। মুং-দদি, মগুন খংনবদুনা, গম্ভীরসিংনা লুচিংবা লেভিজদা, দায়িত্ব অচৌবগী থবক শিন্নখি।

বৃটিশকা কবোগা থেংনখিবা লান,— বিক্রমপুরদা লাম্বন লাহনা লৈরিবা কবোগী কাংবু অহ্ন খেননবগীদমক বৃটিশকিসু যাত্রাপুরদা লানমি পৈরে। মেজর নিউটন্না, মকম অছ্দা লৈহনা ১৮২৪গী জানুয়ারিগী তারিখ ১৭ তা শিনখিবা লাম্বোং—

কবোগী মথা ওল্লিবা লাম্বন অছ্গী মচিন্দা কেপ্তেন জোনোষ্টোন, অদুগা, চীংথোংগী খুনশিংদা লৈরিবা কাংবুনা কেপ্তেন বাওয়ে থাহনা তাম্বাইনবা হোংনহনখি। খুন্নক্তা লৈরিবা কাংবুদুদি

বাওয়েনা নোংমৈ কাপ্পা হৌগৎলকপদদা কাইদুনা চীংলোমদা চেনখৎখি। অদুদগী, বাওয়ে অসি জোনষ্টোনগী মতেং পাংদুনা, মবানি চংদুনা কপ্পা হোৎনবদা, মচিন থংবা কাংবু অদুসু কাইদুনা চেল্লে। অমুক্তা, কবোগী লান্মীগী শরুক খরদু, লাম্বন্দগী তাম্হোক-লবদা, মেজর নিউটনসি, খুদোংচাবা য়েংদুনা, যাত্রাপুরদগী মাইল নিপাল থাপ্পা বদবপুরদা হনখি।

কাম্নদুনা চেন্নখিবা কাংবু অদু, অমুকসু হন্না যাত্রাপুরবা পৈরগা, আসামদগী লাকপা কাংবুনে, মনিপুরদগী লাকপশিংনে, পুল্লপ তিন্নদুনা, সুরমা তুরেন্দা পোং শারগা, মদুগী— ভোর্ব্বান অনিদা লাম্বন শাদুনা লৈবারে। মদুদা পৈখিবা লান্মী অদু, লিশিং তরুকলোমদনি। মতুগী মতুংদা, লিশিং মরিয়েম্মা আসাগী অমসুং কাছাবী, অদুগা, লিশিং অনিরোমনা কবোগী অথন্নবা লান্মীনি। অসি নতুবদা, কিলাকান্দি হাইবা মফম অদুদা লান্মী লিশিং অনি অমসু পৈথখি। অদুম্না, থুং থোক্না লান যাম্নবামক্তদা, সবকারগী য়াথং মতুংইন্না, দেভিদ স্কোটশি লান তৌবা তোক্লবা অমুকসু হোৎনখি। মসিগী মবমদা, চিঠী চৎথোক-চৎশিন খরা তৌনরবা মতুংদা, ১৮২৪ গী মার্চ থাগী তারিখ ৬ তা, গোবিন্দ-চন্দ্রনা নিংথৌ খুডম হন্ত্রিন্নবগী রা, অমসুং তারিখ ১০ গনা, জয়ন্তীয়াগী নিংথৌ রাজা রামগী রা লেপ্পবা লোইখি। অসিনী মতুংদা, মিংডি মহা-নন্দকুমারনা ইরকপা চিঠীদা, বগিদো নিং-থৌনা হুকুম তৌরকপগী রা ওইনা —"নোংশাগী মতৌৎখা

নিংথৌরেন বগিদোনা সাহেবশিংদা থংহল্লি মহৃদি—গোবিন্দচন্দ্রবু নিংথৌগী খুভমদা হল্লিনহনগদৌবনি, অহূপা, বৃটিশনা মখোইগী লমদা চংদুনা লৈরিবা, চৌবজীৎ, মাবজীৎ, অমস্তুং গম্ভীরসিংবু কাদুনা পিরকদৌবনি। মসি য়াদবা থোক্লবদি, দেসা অমগী লমদা চংজববস্থু চংজসস্থু, ঐগী লাম্মী থাজিন্দুনা ফাহনগনি” হাইরকই।

জান্নুয়ারীগী তাবিথ ২৩ দা, স্কোটনা মসিগী জবাব নন্দক্লুদেন সেনাপতিদা হনবদা—“কাছার লৈপাক অসি, ঐখোইনা ঙাক-শেন্দুনা লৈবা লম ওইবনা, মসিদা, অদোমগী লাম্মী থাজিল্লকপা চুমদে। লাম্মীশিংসি, হান্নগী লৈকমদা কোশিনবীগদৌবনি। মসি য়াদবা থোক্লবদি, ঐখোইগীস্থু লাম্মী শিজিন্নদুনা, হান্নগী লৈকম তান্না তাম্বোক্লবা হোৎনবা তাবে।”

অসিগী মতুংদা, ফেব্রুয়ারি থাদা পিবা স্কোটকি চিঠীদনা—“অসি কাওবসি, শান্তিদা লৈমিন্নবগী কান্নবা ফংবিরি। লান তৌনিংদবা ঐখোইবু, লান শোক্লনবা লম্বী শিন্নবদি, মত্রুগী তমখিরবা মহৈ ফংবিগনি।” পিখিবা চিঠী অসিগী জবাবতি হল্লক্তে। অস্থুন্না, লান শোক্লদনবগী হোৎনবনা ক’ন্নদুনা, শিলেটকি ফ্রোন্টিয়াবদা লানফম কযা মক্লম শোক্লখি।—

ঙনিগবা লান— সূরমা তুরেন্গী, তেৰ্ব্বান নাক-য়েত্তা লৈরিবা লাম্মীশিংদু, কেপ্তেন জোনষ্টোননা ফেব্রুযারিগী তারিখ ১৩ দা তাম্বোকখি। অসিগী মতুংদা, করো লাম্মীশিংদু অমুকস্থু

হন্না সরুক অনি থোক্লা থাইরগা, আসামদগি লাকপা কাংবু অহুনা, ভূরটেকর চীং লম্বীদা লান্থন সাহুনা লৈরে। মনিপুরদগী লাকপা কাংবু অহুনা, দুধপতি হাইবা মফম অহুদা লৈরে। ভূরটেকর চীং লম্বীদা শাথিবা লান্থন অমুগা, লেফটেনেণ্ট কর্নেল বাংওয়েনগী, ফেব্রুয়ারিগী তারিখ ১৮ দা থুগাইদুনা, মহুদা লৈরম্বা লাম্মীশিংদু, অমুকন্থু হন্না তানখাইখি। মখোইদু আসাময়োমদা চেন্নখি। দুধপতিদা লৈরিবা অশেংবা কবোশিংদুনা, লাম্বন্দা লৈরগা, সাহেবশিংকি লাম্মীগা মতিক চানা লাথা পাদুনা, অহানবা থারকপা লাম্মীশিংদু তানখাইখি। মতুং চয়োল অমা কোল্লগা, লেফটেনেণ্ট কর্নেল ইংগ্রেসকি লাম্মীস্থু থোমজিল্লকুনা, অকনবা লান থেংনবদা, কবোগী লাম্মীশিংদু—মশিং হেনগৎলবা, বৃটিশকি লানমীগা অরেপবা চাং য়েংনবদি তৌনিংদহুনা, মনিপুরয়োমদা হান্দাকখি।

অহানবগী লানদা গম্ভীরসিংগী লেপ্তিন্থ কাংবু অসি, চুম্মগী সিভিল পুলিসকি ক্ষিতমদা থনম্বদগী, অকোনবগী লান হোৎগৎপদগীদি, থাইসেশেংবা লান য়াওহনবা হৌখি। অসুম্না, অমুক অনিবক চাংযেংপদগীদি, মখোইসু, নিংথিনা তম্বিরবা লাম্মীদগী হেন্না কৈ হাইবা থংনরকুনা, জুলাই থাগী তারিখ ৭ থত্তরাকদগী, দাযিত্ব চাওবা থবক্তস্থু শিজিন্নরক্রে। অমুক্তি, দুধপাতিদা লৈরিবা কবোশিংদু তাপ্লোকনবা থম্মিবা, তোপ থানাদু গম্ভীরসিংগী মাগী মী ১৫০ দবু শাকহনখি। গম্ভীরসিংসি, কর্ণেল

ইংরেসতা—"থোমজিল্লকবা মী থোইনা থাপ্তনা লৈরবসু, লৈরিবা মী অহুম্ন মশিং য়াম্বন্দে,—অচেংবা সোমদা, য়েক্রুবসি সোইদনা ফুজিল্লকনি" হাইনা থংহনখি। অদুবু, লৈরিবা মী অহুনা মতিক চায়ে হাইনা থনবদগীবু ওইবরসু, নত্রগা, মী শিল্লবা খুং-ঙবদগীবু ওইরবসু, ভুম্মিল্লা লৈখি। অসিনা, গম্ভীরসিংনা হাই-গুমদনা, ১৮২৪ গী জুলাই তারিখ ৮ দা কবোশিংঙু অয়ুক অঙনবদা, হাইরিবা অদোমদা তকশিল্লক্লে। গম্ভীরসিংগী কাংবু অদু, মথরাই খুবাক্তা হাপত্তুনা থিংবা ঙম্লে। পাও অসি হেক তাবগা, ইংরেসনা অনকপদা লৈরিবা লান্মী থবক্তু থাহনা, নাকনলোমদা লাকথ্রহন্দুনা মতেং পিনবা হোংনখি। অদুবু, কবোশিংগী মথুন্তা মাইথিন্তুনা হল্লকই। অথবা কবোশিংনা লৈরিরা, চেকশিল্লসু শারবা লাম্বন অদুদগী কবোশিংডু তান্থোকপা তারবদি, লাম্বন অদু পুমকোই কোইশিনবা নত্তনা তৌকম অতৈ লৈরমদে। অসিনা, গম্ভীরসিংনা হাইবা ইন্দ্রবদগী, লানকম অদুদা ম্যাইথিবা ফংখি। মতম অদু নোং য়াম্না চুবা মতমগা ওইবনা মথা তাবা থবক চৎথগদোবদা খুদোং য়াম্না চারমদে। অসিনা, নোং হাংবা ঙাইহন্না লৈনখি।

সোমদা, কবোগী লান্মীশিংঙু মশিং য়ামশিল্লকত্রে। বগিদো নিংথৌ অসি, কাছারদা লান শোক্রবদসু নত্তনা, আরাকান অমসুং ইরাবতীগী পরেংদসু বৃটিশকা লান থেংনবা তারম্মি। মরম অসিনা, থোমজিললক্লবা লান্মী লৈশিল্লকত্রে। অসিনা,

চুথপাতিদা লৈরবা কবোশিংছু, খোঙ্গং-খুৎকাবা মতমদা, লাঙ্গী নৌনা শেমগৎতুনা অমুক হন্না লাকনবগী খাপা তৌহনা, মনি-পুররোমদা চৎনখি। গম্ভীরসিংসি, তুং ইকোন-কোন্না চৎখিবা কাংবুদু তান্নকবদা কংদহনা হললকই।

সিলেট ফ্রোন্টিয়ারগী কমান্দেণ্ড ওইরিবা কর্ণেল ইন্নেস অসি, ১৮২৪ গী ওক্তোবর থাদা, কাছারগী টিলাইন অমস্থং চুথপাতিদা লান্থন শাতুনা লৈবগা য়েক্লবা পুন্নমক, কাছ'র থা-দোকুনা মনিপুরদা হন্নখ্রে হাইবা পাও ফংলে। কেপ্তেন হাও-য়েস অমস্থং লেফটেনেণ্ট ফিসারনা য়েংথ,বদসু অচুম্বনি হাইনা তম্মরে। অতুদগী, করোনা শিজিন্নবগা লান্থন অদু পুমথ,-থ,দেক-হল্লগা, কেপ্তেন লিষ্টারবুনা টিলাইন্দা, অমস্থং গম্ভীরসিংবুনা চুথ-পাতিদা মতম থম্ন লৈনবা হাইজখি। অসুম্না, মনিপুর তাবা লমীগী, বাসকান্দি হাইবা মফম অদু ফাওবদা, য়েক্লবা লৈত্রে হাইনা বৃটিশ সরকারদা পাও পিখি।

—— — —

# [৫]

## কবোগী মথুত্তগী মনিপুর হন্দোকপা।

কবোগী মপাঙ্গল য়েখেক্লবা, বৃটিশ সরকাদনা দিসেম্বর থাদা, কাছারদগী মনিপুর কাওহনা, কবোগী লম তাভা তাবা, অশাংবা লঙ্গী অমা শেম্নবা রায়েপ তাখি। থবক অসি

পাংথোক্লবা ১৮২৫ গী জানুয়ারী থাদা, ব্রিগেদিয়ার জেনরেল স্নুলধামগী মথাদা লাম্মী লিশিং তরেৎ থারক্লুনা, সিলেটতা লৈররে। মখোইগী চান-থক্লবনা শায়ু, উট অমসুং শললাবনা হোন্নবা খোয়াং তৌখি। অদুদগী, পাইওনিয়ারশিংনা বদরপুর-দগী বাসকান্দি তাবা লম্বী শেম্বা লোইরহনা, স্নুলধাম অসি, থাদ' ব্রিগেদকা লোইননা খুংম্ব-খুৎলাই অমসুং তোপ অচৌবা ময়াম পুহনা, দুধপাত্তি তম্না সান্দোক্লক্লে। অদুবু, নোং য়াম্না তাবনা, লম্বি ফত্তহনা অৱাবা যাম্না নংখি ।

স্নুলধামনা বাসকান্দিদা থংব্রিক্তৈ মমাংদগী হৌনা আভা তাবা লম্বী শেম্বা হৌগৎখি। বাসকান্দিদগী জিরি নালাগী তোর্ব্বান পরেংদা মাইল ৪০ শাংবা লম্বী অসিনা হায়া শেম্নবা খোয়াং তৌরগা, অদুদা থবক শুরিবা মীশিংন্থ কবোনা যৈথাই-থিঙ্গাইদনবগীদমক, ডাক্লবা, গভ্ভোৎসিং, অমসুং কেপ্তেন দদজিওন্দা শিন্নখি। স্নুলধামসি, বাসকান্দি যৌবদ', মনিপুরদগী আভা তাবা লম্বী অসি হুক্তিকমক শেম্বদি ওইথোক্তবনি হাইবা থংলে। মসি শেম্বা হৌগৎপদা ভাইরিন্তৈনা, শায়ু ময়াম অমনা মকম খখিদ্রে, উট ময়াম অমসু শিবে, শল লাবা অচৌবা লিশিং অমগা, মচা ৪০০ গা লৈরিবা অদুদগীসু ফনা য়ামনা শিরে। মরম অসিনা, স্নুলধামসি লম্বী শেম্বা তোক্লবা হুকুম তৌরে। অদুদগী, সিলেটতা ব্রিগেদিয়ার ডনকিনগী মথাদা লাম্মী থর থনমললগা, কাছারদনা নেটিভ ইনফেনত্রি কোর্পস অনিনে, সিলেট

লোকেল কোর্পসনে থমলমদুনা স্থলধামম্না চাকাদা হেড ক্বার্টার হোংখি।

স্থলধামনা চৎত্রিবৈদা, গম্ভীরসিংগা উপ্নবদা—"মতম কংত্রিবৈভসিদা, কম্বাগী মথুক্তগী মনিপুর হন্দোকপাদ খুদোং য়ামনা তাংলোইদোরি অদুনা, থা খর'স কাছাব ভাক্লুনা লৈবিখে।" হাইবে। গম্ভীরসিংসি পহবা চুমদ্রে হাইদুনা যাদ্রে। গম্ভীরসিং—"ভূখিকাস, মক্ষম-মক্ষমদা কনো যামনা চাইদুনা লৈরি, মখোইস, খুনক্তা চতুনা নুনী মীশিংবু য়াম্না ওৎ লৈবিরি ঐনা পাও লৌজবদা—ভূখিকংক মনিপুরদা, কনা লিশিং অনি লৈবি, অসি নত্তবা অতৈগ্র মক্ষম মক্ষমদগী লাকহৌরি হায়না তাজে। মখোইসি, লোংজুখা লৌবগ, আসামগী মক্ষম অতৈদগী লাক্লদোবা মথাংগা তিম্নতন, চ্নমগী তেন্না চাওবা লম্মী মপে অমা শেমজনা, কাছারদা লোইদনা তাবক্লদোবি। অদুগ, মসি শেমগৎবি বৈভ অসদা তাপ্লোকহৌবা চুমগনি। নত্রবদি, তুংদনা তেন্না খুন্দাংথিবা ওইহল্লনি-ভইহল্লোই হাইবা খংবা ভরা লোৎ নত্ত। স্থলধাম—"তাকপিরিবদ্ যাম্না চুম্মি। অদুদা, লাম্মীগী ফিজোল পুমনমক শেং-চারবদি ঐ থাইগী মীদি, নোং চুদুনা লম্মী-সুমদাং ফংলগ্রৈভ মতম অসিদা লোংলবা মনিপুরগী চৌং লবৈদা চৎথাক-চৎশিন যুগোং ইঁগা চাম্নোইদোবা। ঐনা হাইজরিবসি অদোম্না তেন্না খংবিরবনি" গম্ভীরসিং—"ভদুদি চুম্মি। অদোমগী মীদদি য়ানা লোক্লনি। অদুদা, খুদোং চাবা হাইবসি পংনা লোক্লে,

অহুনা, অদোমগী মতোং য়াওহ্রবস্থ, লেভিঙ্গ অসিদং পুহুনা লাইবক য়েংজক্কবগে – হাইরিবসি লাইবক যেংবা নত্তে, সোইদনা তাম্বোকপা ভমগনি, হাইনা নিংঙ্গৈ।" মুলধামসি মহু তাবদা ডক্না খেন্নে। মনা হৈ-শিংবা ওইরবস্থ মী ৫০০ দনা লিশিং অনিগা পাক্নি, হাইবসি ডককম থোকপা য়ানি। মুলধাম– "রাজা সাহেব। তাকপিরিবসি ডককম থোকপা য়ানি। রাজা সাহেবনা মরাখি-হ্রবদি, অহু মঙাইরে, লাইবক যেংবিরুরে। লোভজ্জগী খুৎস্থ-খুৎলাই, অমস্থং অচা-অথক পুম্নমক য়াত্তনবা পুবিখো। –অপন্বা নৈতনা, য়েক্লবা তাম্ভোকুনা, মনিপুবগী সি হাসনদ। খুনা লোংখৎপা, ঈশ্বরদা নিজরি।"

অমুম হাইনহুনা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংসি, ১৮২৫ গী মে থাগী, তাং ১৭ তা শিলেট থাদোক্লুনা মনিপুব তম্না খোংশানখি। বৃটিশ সরকারগী হুকুম্না চৎপা নত্তবনিনা, লেকটেনেণ্ট পেম্বারতোন সাহেব অসিদি, ভলন্তিয়ার ওইনা লম্বী থোং অমস্থং অতৈ-অতৈ লম তাবা যাবা লম্বী য়েংনিংহুনা গম্ভীবসিংগী তুং ইল্লকই। শ্রীযুৎ অসি গুলাপগঞ্জ, বিয়াগী বাজারনচিংবা লম্বীদা চুমজিং লেংগনি হাইহুনা তৌবদা, নোংবা লম্বী য়াদহুনা, বরাক তুরেনগী ওইথংবা তোর্ব্বানগী, অকোইবা লম্বীদা চৎতুনা, তারিখ ২৩ দা বাসক শিবদা থংভি। অদুদগী, মনিপুরগী শোংলবা চীং লম্বীদা লেংহুনা তারিখ ২৫ দা চেরি নালা লাল্লি। অদুদগীদি লক্ষ্মীপুর মনাকী কফুৎ ওইনা তৌব লমহু লেংলগা, বরাকী অয়াংদা

লৈবা চৌশাং অমগী মতুংইন্না লেংদুনা, জিরি নালাগী নোংচুপকি জঙ্গল ময়াদা পোখাই। জিরি নালাদগী চৌং কাদুনা মাইল ৮০ লেংভগা মনিপুর ভেলিদা থুংখি। মাইল ৮০ অসি লেংবদা হোলট ভৌথিবা মফমশিং—

| | | মাইল | | ফারলং | | খুদুপ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| বাসকান্দিদগী তুকমু নালা | — | ১১ | — | ৫ | — | ৬০ |
| জিরি নালা — | — | ৬ | — | ৭ | — | ২০৪ |
| মক্রু — | — | ১১ | — | ৪ | — | × |
| কালা নাগাগী খুনশিং | — | ২ | — | ৭ | — | ১১৭ |
| ববাক নালা — | — | ৪ | — | ৪ | — | ১৬৭ |
| কম্বুনগী নোংপোক থংবা নাকন | | ৭ | — | ০ | — | ০ |
| নোংবা — | — | ৫ | — | ৭ | — | ৫৬ |
| মুনজিবোন কোনা | — | ৯ | — | ৭ | — | ৫ |
| ইরং তুরেনগী য়েৎ থংবা তোর্ব্বান | | ৪ | — | ২ | — | ৩৯ |
| অরাং থুন্দা তাবা খুন | — | ৩ | — | ২ | — | ১৮৫ |
| ঐই নালা — | — | ৩ | — | ৬ | — | ০ |
| সুনাই খূল — | — | ৩ | — | ৫ | — | ১৪৮ |
| ঐইগী ওই থংবা তোর্ব্বান | — | ৫ | — | ০ | — | ১৬৯ |
| মনিপুর ভেলি — | — | ১০ | — | ২ | — | ১৯৭ |
| সহরদা লৈরিবা কবোগী লম্বেন | | ১১ | ... | ০ | — | ৫ |
| | | ৯৬ | — | ০ | — | ০ |

(পেম্বারতন-না থঁনিম্বা রেকোর্দতগী) —"লম্বী অসি লাকপদা নোংনা য়াদফুনা য়াম্না পনখি। জুন থাগী তারিখ ১ দা মুনজিরোন কোনাদা থ'ংবদগী নোং চুফুনা মুমিৎ হুমনি পল্লি। মতম অসিদগী চেংজেন লোইখিহনা হাওদগী কংবা চেং চাই। চেংগী মমন্দি য়াম্না হোংডিদি হাইববু কংদবা মতম্না য়াম্মি। গম্ভীরসিংগী লান্মীশিংহু মীতৈ ডাক্তনি। মখোইহু চাবোই-চাদবোই তৌরবা, নোং চুহনা লম্বীস্থ ফংখিদ্রবা অহুমকুদা। কনাস্থ বেরা তৌনদে। হুরাও-হরাওনা অহুম চৎলি। য়াবনা চোকথরবা মতম অহুদস্থ পোৎথাবা লৈতনা, ইয়ং, ঐই, তুবুত, তুরেনসিংসি লাম্বোরুবা, উ য়াল্লগা থোং শাই।"

"১৮২৫ গী জুন থাগী তাং ১০ দা ফোর্স অসি, ঐই নালাগী খা থংবা তোর্ব্বান্দগী মনিপুরগী নোংচুপ থ'ব' সিমানাদা লৈরিবা চীং কাবা হৌই। মনিপুর তাউদগী মাইল ১২ থাপ্না মুংডা খুল, অমসুং মিয়াং কৈনৌ হাইনা মফম অনিদা, লানচাবা কবোগী লৈনবা (advance post) লাম্বন অনি শাই। মসি থংহনা গম্ভীরসিংনা, লেভিজগী শকক খরনা নরসিংবু, শরুক খরনা পুর্ণসিংবু লুচিংহন্দুনা, য়েক্রবগী ল'নচাবা লৈরিবসিংহু থ'গাইনবা থাখি। মুংপিল পুং ৩ ত্তাবদা, নরসিংনা মুংডাখুল য়ৌহনা লৈরম্মিবা কবোশিংহু খরনা হাৎলি, খরনা কাইদুনা চেন্নখি। পুর্ণসিংনা লুচিবা কাংবু অত্রস্থ মিয়াং কৈনৌ য়ৌহনা, লৈরম্বশিংহু অয়াম্বনা হাৎলগা, খরনা কাইদুনা চেনখি।

লেভিজগী কাংবু অহ, লাম্থোংনবগী অদুক য়ারবা মক্তদা রেসন তংখাই অমত্তা চাদুনা, জুমিদাং অহু লেনখি।"

চোকথরবা লেভিজগী কাংবু অহু মচিন পোল্লদনা জুমিদাং অহু লেল্লগা, তাং ১১ দা, চানবা চেং খরদং ফংনবা থিবা হোৎ-নরিউদা, মুংথিল পুং অনি তাবা মতমদা, মণিপুর টাউন্দা লৈবা কথাশিংহু লান্থন থাদোক্তুনা চেনখ্রে হাইবা পাও ফংই। গম্ভীরসিংসি লেভিজগী চোকথরবা মতোত্তু উবদা, তাল্লকবা চুংদ্রে হায়না খল্লদুনা মোংমহু চুমা পোংথাহল্লে। মহাকী মথংগী অযুক তারিখ ১২ দা, খুম্থাপগী লান্থন অহু খুত্থুম চল্লি। মকম অহুদা মমন লাকবা পোত্তি খোইনা লৈরম্মদ্রে। মস্কেত থরনে, যোংকি গন্ অমানে, রাহু গপ্তবা চেং মন ১৫০ দগী খবা হেনবানে, অসিদা মইথৈরম্মে। ডুহাক লৈরগা, কথাগী লাম্মী ৬০০ নে, তুং হনবা ৬০০ অমানা মাইল ১২ পাম্মা লৈবা অন্দ্রো হাইবা মফম অহু তান্না হন্দাকপা খ্রা হইবা পাও ফংই। মতু হেক তাবদা গম্ভীরসিংসি ঐনা তুং ইন্দুনা, লেভিজগী মী ২০০ গা লোইননা চান্নবা চেঙ্গুই। ঐখোইনা ইরিল তোর্বান যোবা মতমদা, য়েল্লবশিংহু মথং-মথং হন্দোকখহনা, মণিপুর পুমথা থাদক্রগা চৌদা চেনখৎপ্রে হাইবা পাও তারে। গম্ভীরসিংসি তাল্লকহনা কল্লদ্রে হাইদুনা, থৌবালবোমদা অচা-অথক খবা ফংগদ্রা হইহনা য়েংবা চংখি। ঐদি, সত্তরদা হনখোরে। গম্ভীরসিংগী, মায়কৈরন অমত্তং পোৎথাবা লৈতনা নোঙগী মতোসি

খল্লূরগ। অঙকপনি।" (পেম্বারতন সাহেবনা থনবা য়েংকোদ'তগী ভাব লৌ'হুনা ইবা, অমসুং, লমগী মমিংশিংসিনা, সাহেবনা তৌবা উচ্চারনগা খেল্লবা মরম্না, মীতৈনা কৌনবা মীংগা খরা-খরা খেল্লরে।)

শ্রীযুৎ অসি, খুন্তাক লান্সি ওইরুনা লৈরবা মনিপুরদা লৈহুনা চান-থরুবা থৌরাং তৌরমলগা, ১৮২৫ গী জুলাই থাগী তারিখ ২৪ দা পেম্বারতন সাহেবনা থৌগন তৌহুনা, মী ২০০ গা লোই-নরা শিলেট্তা থুংখি। মনিপুরদা লেভিজগী মী ৩০০ নে, সগোল তৌংবা শরারি ২০ নে লৈপাক ঙাক্নবা থনখি। মতম অদুদা, মী ৩০০০/৪০০০ রোমদং থৌবান মমাংদা লৈরম্বা নত্তুনা, অতৈ মকমশিংদদি মী কনা অমতা লৈনবমদ্রে। শিলেটকী এজেণ্ট টকার সাহেবসি, শ্রীযুৎ গম্ভীরসিং উবদা, যাম্না ইকাই-খুম্নবগা লোই-নরা—"রাজা সাহেব। রাজা সাহেবনা হন্দক, ইরাই-লাইনা য়েক্নবা তাথোকপিন্নুনা মনিপুর খুদুম চনবিবা অসিদা, সরকারগী ওইনা, ঐনা, হন্না-হন্না থাগৎচবি। ঐখোইদি, অমুক লাইনা খোকনি হাইবা থাজরমদবনি। সুংঙাইবা পাও অমনা—রাজা সাহেবকী থৌনা অমসুং তুংগী পোমিৎ উবগী অরাবা খুদমশিংসিগী বা তাবদা, সরকারনা পেল্লদুনা, রাজা সাহেবনা য়াবিবা থোক্রবদি, মনীপুরী লেভিজগী মী ৫০০ অসিগী মথক্তা, ১৫০০ হাপকৎতুনা মতিক চাবা লাম্গী মপৈ অমা শেমগৎপিনবা থংহনজরকই। পুন্নমক্তুগী খরচ অমসুং খুৎসু-খুৎলাইনচিংবগী খরচ সরকারনা

পুজগনি।" গম্ভিরসিং— তাকপিরিবশিনা, "বৃটিশ সরকারগী পুকচেল অসুক চাওই হাইবা কোংদোক্লি। সরকারনা তাকপিরিবশি থুনা পাংথোকচরগা, সরকারগীসু ঐথোইগীসু য়েক্নবা কবোশিংসি, পুমতান তাম্থোকনবা হোৎনজগনি। অসি নত্তবা, সরকারগী কান্ন-গদৌবা থবক অতৈদসু চিংনবা নৈতনা তাকপিরক্লবা নিংশিংজরি। লেভিজগী মশিং হেনগৎহনবিবা অসিগী ভৌবিমন্দি মপোকসি-মগী কাওজরোই। ঐনা হাইজরিবা পুম্নমকসি, সরকারদসু থৎহনবিঞ্জবদি, য়াম্না যুংঙাইজগনি। টকার সা'হব--রাজা সাহেব। তাকপিরিবচু ঙসিমক বডলাটতা থৎহঞ্জরনি।

অসুম হাইনা নৈশিৎ-নৈথোম্নবা লোইরবা তুংদা, শ্রীযুৎ অসি টকার সাহেবকা ৱারি শান্নবদা—মানা-মানা থোকপা থুংলাই পাইবা, মী ৭০০ অমসু মনিপুর ঙাকনবা লৈহৌবগী য়া—মনিপুরদা চানবা তাংবগী য়া—অমসুং, চেম্নথিবা মীতৈশিং হঞ্জিনহৌবগী ৱাসু পুথোক্লুনা ৱারি তৌনখি। টকার সাহেব —"মনিপুর নৌনা শেমগংপগী থবক্তা, সরকারনা মত্তেং পাংবা য়াবা নৈরবসু থৎহনবিরকউ। রাজা সাহেবকী ফিভম্না, নৈতাবা হাইবহু থোকত্রিবনিনা, থবকশিংসিদা শেন চংগদবা পুম্নমকসু ঐথোইনা মত্তেং পাংজগনি। অদুগা, রাজা সাহেবসু থ্‌না মনিপুরগী রাজ গাদিদা লেংখৎপিহ্নুনা, মরূপ ওইবগী ফিভমসি চেৎশিনবা হেনগৎনবা হোংনবিগনি, হাইনা নিংজৈ।" গম্ভীর-সিং—"ঐখোইগী অহৈ-অসিংনা হাইবা মতুং ইন্না, নাকলিবা

তাং ২০ অসিদা সিংহাসন কাজগে হাইনা খনজরি। মঙ্গ মংনবা থোকচবা তারি।" সাহেব—"অপনবা লৈতনা, মনিপুর য়ৌবিরগা, অহল-লম্মনগী খুভমদা হজ্জিনবিরুরো।"

——————

# [৬]

## গম্ভীরসিংনা মনিপুরগী সিমানাদগী কবো পুন্নমক তান্থোকপা।

শ্রীযুৎ অসি লেভিজগী ত্রিল তম্বিনবা কেপ্তেন গ্রাণ্ট, লেফটেনেণ্ট পেম্বারতন অমম্বুং অতৈ সাহেব ১/৩ গা লোই-ননা, ডিসেম্বরগী তাং ১৮ দা য়ুম্থানদা থংলগা, তাং ২০ দা নিংথৌগী অভিষেক তৌখি। নরসিংহবুনা সেনাপতি হাপখি। মতম খরসিদা চেল্লুবা মীতৈ ফনা য়াম্না হাঞ্জিন্নরক্রে। অতুদগী, ১৮২৬ ইংগী জানুয়ারি থাগী তারিখ ১ দা, হান্না মনিপুরনা খুদুম চল্লম্বা, কবো ভেলি অসি অমুকন্থু হন্না লোই চন্নবগীদমক, নরসিংহ সেনাপতিবু লেভিজগী মী লিশিং অমগা লোইনজুনা থাখি। সেনাপতি অসি, স্নায়াথং মতুং ইন্না, নিঙাই চাওবা মকম-মকমদা, লেভিজগী মীশিংহু কাংলুপ মচা মচা খোক্কা থাইরগা

থমহনখি। কোহিমা অসিন্দ, হান্না মনিপুরগী মমুং চল্লম্মি। মতুংদমু মী ৫০০ থাল্লুনা, লমহেল্লিবা হাওশিংদু কাথহনখি।

মতম অদু, মনিপুর ভাল্লবা লেভিজগী মী ৫০০ দা মতাইরে। মতাং অসিদা, শমজোক নিংথৌগা, তুমু নিংথৌগনা চাইরিবা কবো ময়ামদু পুন্নপ পুনশিন্দুনা, তুমুদা চেকশিন্না লান্বন শারগা, লানগীদমক খোৱাং তৌরে। নরসিং সেনাপতিবা পুথিবা লাম্মী-শিংদুসু, মকম-মকমদা শিজিন্নখিবা মরম্না, মী লৈতহনা, পাও অসি য়ামনা থুনা শ্রীযুৎ অসিদা থংহনখি। মসি হেক তাবগা শ্রীযুৎ অসি, কেপ্তেন গ্রান্টনা খোঙন তৌহনা, লৈহোরিবা লেভিজগী মীদগী, ২৫০ দংগা লোইননা লাক্লগা, জানুয়ারিগী তাং ১৮ দা লান্বন অদুগী মনাক্তা থুংখি। লান্বন অদু, শোং-লবা জঙ্গল অমগী মমুংদা য়ান্না চেকশিন্না শারম্মি। মুংগা উগনা নিংশিনা শারবা লান্বন অদুগী মমুংদা, কবোগী অথন্নবা লাম্মী ৭৮০ গা খোংলোই মম্মগনা লাম্হেননবগী ক্বিভমদা, মসা থুপ্তুনা লৈরম্মি। লান্বন অদুগী চেকশিন্না শাবা মতৌ উবনে, অমসুং লাম্মীশিংদুগী হৈ-শিংবগী রা থংবনে, অসিনা, গ্রান্ট সাহেবকী মত্তা —"তোপনা কাপথাইবা নত্রবদি, লেভিজগী মীদা শিদুনা তোকপা তারে। অসিগুম্বা অসিদি, ঐখোইগী চৎনবা মতুং ইন্না তোপনা কাপথাইনৈ" হায়রে। মতুদা শ্রীযুৎ অসিনা —'হুজ্জিকপু তোপ কদাইদগী লৌরুবি ? লৌরুবা খোক-লবমু, পুখোক-পুশিন্দা মতমসু চংবা, রাইরেমু রাম্না চেল্লনি।

অহু কাওবা, য়েক্কবসি তুমিন্না লৈরোইদৌরি” হাইহুনা থক্না চানবা ঈশিং ফংহন্দনবা শিনবদগী, মুমিৎ হুমনি থাংত্তনা লান শোক্লরমলগা কাইড়না চেন্নখি।

থবক অসি পাংথোক্লবগীদমক শ্রীযুৎ অসিনা— কবোনা কাখিবদগী চেল্লকপা ; লাম্বন অচু শাবদা থবকন্থ শিঙিন্নরবা মীতৈদগী, ঈশিং চাফমগী ন্না হংহুনা থ'লে। অতুদগী, মুমিদাং অমম্বদা, গ্রান্ট অমম্বুং মীতৈ আফিসার ২/৩ না মুং ইন্দুনা, ঈশিং চাফম অহুগী লৈকম্নচিংবা মুম্না য়েংত্তৃই। মহুগী মতুং নোংমা কোনবা তাং ১৯ গী নুংথিন্দা, লেভিজগী মী ২৫০ চু কাংলুপ থন্না থোক্না থাইরগা, গ্রান্ট অমম্বুং মীতৈ আফিসার-সিংনা লুচিংহুনা, য়েক্কবনা উদনবা, জঙ্গল অহুগী উ-ন্নাগী মরুম থুপতুনা চংশিল্লকলে। তুমিদাংবাই ওইন্নকপা মতমদা, য়েক্কবনা উন্নতুনা, চংবঃ ঙমদনবা নোংমৈ ততুনা কাপ্পকই। অহুবু, চংঙক-ইবা কাংবু অহু নোংমৈ গুলি থোওইদনা, মসা থুপ-থুপতুনা থন্না-থন্না ওইনা চংশিল্লক্লগা, মুমিদাং অমম্বদা, হান্না শ্রীযুংনা তাকপা মফমশিংদু য়োক্লনা, লাংখোং তৌহুনা থুপকম নিংথিনা শেম্মে। লানজিন থংবা কাংলুপ অনিনা থুপ্লিবহু লাম্বন্দগী গঙ্গ ৬০, অদুগ, ঈশিং চাকমদগীনা গঙ্গ ১৫ দা থাপ্নরে।

কনোশিংহু মীতৈনা ফংখ্রিবা খুদোং চাবন্থ উবদা, তাং ২০ দগীনা ২১ গী তুমিদাং ফাওবা নোংমৈ অমম্বুং তোপ ততুনা কাপতুনা, তাম্বোক্লবা হোংনখি। অহুনন্থ কান্নত্রবদা, তাং ২১

অহুগী তুমিদাংদদি, লাম্বনগী মপান্দা ফাওবা পোক্লকুনা অরোইবি চাং য়েংনখি। খুংশেংনবা লান্দদি মীতৈগা লাম্বা য়াদবনিনা, কবোগী মীদা য়ম্মা শিহুনা মতোক্লে। কবোশিংগু চেনবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈত্রে। পুল্লপ চেল্লবদি, মীতৈনা থঙকুনা ভাম্ন-য়কনি হাইবগী কিহুনা, থর-থয়দা চেম্নহুনা, ১৮২৬ কী জ'নুয়ারি তাং ২২ নুমিদাং পুং ১০ ডাবা মতমদা লাম্বন অহু পুমহাং হাংখি। মহু লৌশিনবা মতমদা তোপ মচা মরিনে, jinjal থয়নে লে'ভত্ন-না থা অনিরোম চাম্নগদৌবা চেংনে কংডি। মহুগী হাক্কা, লেভিঙ্গী মী ৬ শিখি, ৫ না থরা শোকই। য়েক্লবগী অশিবা অমম্মং অশোকপা মশিংদি, মসিগী শরুক তরারোম হেনগনি।

তোপকি মতেং য়'ওদনা য়েক্লবা ভাম্হোকপগী য়া অসি কেপ্তেন গ্রান্টনা পিখিবা রিপোর্টতগী খংনরকুনা, সাহেবসিংনা গম্ভারসিং অমম্মং লেভিন্নবু য়াম্না থাগৎনখি। কালা আদমীনি হাংডুনা ভারত মচানা তৌবা থবক শিংথানদবা, মতম অদুদা, বৃটিশ সরকারনা, শ্রীযুৎ অসিগী হৈশিংবা অমম্মং থৌনা, অমদি লেভিঙ্গী অথাং-কনববু থাগৎনখিবসি মীতৈগী লেমজনিংঙাইগী মশক্তি। (কেপ্তেন গ্রান্টকী রিপোর্ট পাবিয়ু।)

অসিগী মমাংদা, নিংথিগী য়াংমদা লৈবা লাম্বন অমা থংগাই-নবগীদমক নরসিংহ সেনাপতিগী মখাদা মী ৩০০ থাখিবহুন্নু মমাই পাক্লকই। লম অহুবাইদা লৈবা কবোনা ফাহুনা থবক শীজিন্ন-রবা মীতৈ ৩০০ য়োমদগী হেন্নবা অমম্মু থাদোকখি। অসি নত্তবা,

নিঙাই চাওরা হাওশিং তেহৱবা থাখিবা মীতৈ কাংলুপ মচা-মচা-শিংদুনু, লোইনা মমাই পাক্লবকুনা, কাখিবা মীতৈ লিশিং অমরোমমু মীনাই ওইরবা কোকখি। মহারাজ অসি, নিংথিগী রাংমদা মতম খর লৈদুনা য়েক্লবা লৈরবা পুমনক তাঙ্খোককে খন্দুনা, হান্না থাখিবা মীগী মথক্তা, অতোপ্পা ৫০০ অমমু থাখি। য়েক্লবশিংদু, খোংমীগা শগোলতোংবা সরারীগনা তেহৱবা শিন্দুনা, মহারাজ অসি ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারীগী তাং ১ দা নিংথি রাংমদা থুংখি। পাও অসি তাবদা, য়েক্লবশিংদু কাইদুনা চেন্নখি। মখোইদু, য়াম্না কিংনা চেনখিবা মরম্না, মখোইনা ফাদুনা খনবা মীতৈ ১০০০ অমরোমদগী হেনবনে, অদুগা মন, ইরোইনা ১৫০০ বোমমু ফংদুনা, মখল-মওক লৈজদবা মীতৈশিংদা য়েনখোকহনখি। খুন্দা মী লৈত্রবনিনা শ্রীযুৎ অসি খুনা মনিপুরদা অমুক হনখি।

কহিমা অমসুং কংবাংতগি অসি থাঙ্গংশংবা মনিপুরগী লম মখুং চল্লি। নিংখি রাংমেগী লম অসিদি, মখোনা লৈবা নিংথৌ শিংতনা লোই চন্নরম্মি। হুজিক কহিমাদা লৈরিবা মুংদা য়েকপা খোঙ্গুন অসি, কহিমাসি অমুক নোনা লৌশিনবা হাত্তক্তা, গভৌরসিং মহারাজনা য়েকহনখিবনি হাইনৈ। মুং অদু, লম অদুগী মীশিংনা য়ামনা ইকাই-খুম্নরম্মি। শ্রীযুৎ অসি, নিংথৌ ওইববা মতুংদমু থাসিয়া, জয়ন্তীয়ান-চিংবা মকমদমু লেংদুনা বৃটিশ সরকারগী মতেং পাংখি।

মহারাজ অসি চহি ৯ (২০।১২।১৮২৫—৯।১।১৮৩৪ইং) মপুম ফাকাত্তনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মি। মা হাক্তক অসি

লাক্না তৌখ্রনা লেনখিবা নত্তে। মনিপুর অসি পুমনৌ নৌনা লেমগৎলগা, হায়রুম চাওখৎনবসু হোৎনবিরম্মি। চেনখিবদগী হজিল্লকপা মী মরাম অদুগী নৈকম শিনবিল্লগা, লৌউবদা খুদোং-চ'নবা, অমদি, নঙ্গোন-ইস্তিক্রসু চাওখৎনবা য়াম্না হোৎন-বিরম্মি। লশো অনৌ-অনৌবা শেমগৎখুনা চৎথোক-চৎশিনগী খুদোং চাবনসু থৌরাং তৌবিরম্মি। ঙিরিবাম অসিনা, মনিপুরগী মসুং চৎখিবা অসিসু, শ্রীযুৎ অসিগী খুজিল্লগীনি। নোম্বা কল্লবা পুন্সি অদুগী পোম্বাবা ওইনা, ঈশৈ-নোংমাই অমসুং হুবাও-কুম্মৈদসু পুক্রিং চংবিদুনা, লম অসোমদসু চাওখৎনবা হোৎনবিখি। শ্রীকৃষ্ণগী মনশেনবা লীলা, অমসুং থোপ পালা অসি শ্রীযুৎ অসিনা হোৎোক্লখনি। ম্না-হাক্তক অসিদা, মীতৈ-লোন অমসুং সংস্কৃত লোন্দা লাইরিক খরা লোৎহল্লগী বা তারবসু, হুজিক্তদি শ্রীকৃষ্ণরাস সঙ্গীত সংগ্রহ হাইবা অসিদগী হেল্লা থেঙনদে।

কবোনা থুগাইরম্বা য়ুম্ফালগী কোম্মংদু হায়দগী হেল্লা নিংখিনা সাগৎপগী আশা তৌরমলবসু, থবক্না মকাং-মকাং ওই-খিবনে, পুন্সিনগা তেনবনে, অসিনা, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদং থর শেমগৎলম্বা নত্তনা, অতৈ থবক্তি পাইখৎলম্বা ঙমখিদ্রে। কোম্মং শাজিবৈদা, মত্তম খর নৈনবগীদমক, লাংথবান্দা অনৌবা কোম্মং অমা শাহল্লম্মি। মসিদা নৈরম্বা য়ুম পুম্মক চেক্না শাহনা, অকোইবদা থাজবাৎ তৌহনখি। থাজবাৎ অসিদা চহি খুদিংগী

হৈক্রু হিদোংবা মতমদা হী তাহৈ, অমস্তুং নৌকা খেলানচিংবা কুহৈম তৌরম্মি।

শিরমদাইদা শ্রীযুৎ অসি বৃটিশ সরকারগী মশাগী ওইজবতা থিবা থৌদৌদগী স্না-পুক্লিং কয়া সুংহাইখিদে। লেভিজ শেমগৎপদা বৃটিশ সরকারনা মক্তেং পাংথিদি হাইববু, কারবদি, মহারাজ দগীদি সরকারনা শরুক য়াম্না হেন্না ফংখি। কবোনা মপাঙ্গন শোখ্রুনা, বৃটিশনা হাইবা য়াখ্রিবসি লেভিজগী মপান্থগীনি। লেভিজ শেমগৎতুনা শ্রীযুৎ অসিনা শিজিন্নরমজ্রবদি, মসি লিংখৎপদা চংখিবা সেন্দগী শরুক য়াম্না হেন্না তিংবা, অমস্তুং মীসু য়াম্না হেন্না শিরমগদৌবনি। অদুবু, সরকারদি, তৌবিমল পুন্নমক মশাগী ওইজবা থিবদা মমিৎ তাংশিন্নরবস্রু, মহারাজ অসিদি, থরা তৌবিখিবহু পুন্সিচুপ্না কাওখিদে। সার জেমস জোনষ্টোন কে: সি: এস: আই:, হাইবসি মশানা সাহেব ওইরবস্রু, বৃটিশকি থৌদৌ অসি নিন্দা তৌদুনা করেম্নরম্মি।

জোনষ্টোন সাহেবনা ইরম্বা "মাই য়েক্সপরিয়েন্স ইন মনিপুর এণ্ড নাগা হিলস" হাইবা লাইরিক অদুদা ইরম্বগী ভাব পৌ'দুনা, মহারাজ অসিনা শিরমদাইদা সরকারনা তৌখিবহু শম্না হাইরবদা—

"আন্ডাদা কলোনেল ব্রুনে কৌবা সাহেব অমনা এজেণ্ট ওইদুনা লৈরম্মি। কবো অগুম্বা থরগী মত্তা, কবোগা ঐখোইগা য়েংথিনরিবসি, গম্ভীরসিংগী ওইদুনা লৈরিবা কবো ভেলি অসি, ব্রহ্মা সরকারদা পিরবদি সোইদনা কোকনি, হাইনা এজেণ্ট

অসিদা হাইখি। ব্রুনে অসি, মহাক্দা থাজদুনা, সরকারদা মরম অসি খংহনখ্রে। অদুবু, সরকারনা ব্রুনে-না হাইবা মতুং ইন্না য়াররে। মহাক্দা, ঐখোইগী তোকপ থোকপদি, ওইদবা ঙাংবগী ভূক্কচবগা লোইননা, বা অমত্তং থৌশারম্মোইদোবনি। অদুদি তৌত্রদুনা, থবক অসি পাংথোক্লবগীদমক, গম্ভীরসিংগা বা ঙাংননবা, মেজর গ্রান্টদা খংহনখি। গ্রান্ট অসি "গম্ভীরসিংগা মহাক্কী বা ঙাংনবদা ঐদি য়াওনিংদে" হাইদুনা য়াখিদে। বা অসি তারক্লুবা, থৌরাইদদি মুঙাইত্রবসু তৌখিমন নিংশিংদুনা —চহি খুদিংগী মযেক ওইনা লুপা ৬০০০ তদি পিয়ু, হাইনা খংহল্লকই। লম অসি, ১৮৩৪ গী জানুয়ারিগী তাং ৯ দা কবোদা পিথোকখি। তুমিং অসিমক্তদা, গম্ভীরসিংহসু মথরাই অহুম থাগ্রে। ঐখোইগী থৌদো অসিদগী মাগুম মরুপ অমনা, শিরদদাইদা মুংঙাইখিরোইদোবহু থল্লুবগা তরাবগী মশক্ত। অসিগুম্বা থৌদো অসি, ঐখোইদা রাজভক্তিসু কাইজদবা মচা অমসুং মশুদসু অহুম মতৌথি।"

অস্নুম্না, তমজনিংঙাই ওইবা শ্রীযুৎ অদু থৌরাই-মুঙাইতনা, মতম চাদনা নোঙ্গাখি। রাজনিতিদসু হৈ-শিংবা, শিল্পম পুম্নমকসু সুবা শ্রীযুৎ অসিনা মতম শাংনা হিংবিরম্লবদি মনিপুরগী কিডম য়াম্না হেন্না কগৎপগা লোইননা স্তেটসসু বাংথৎলমগদোবনি। লেডিজ অদু ১৮৩৫ কাওবা মনিপুরদা লৈবম্মি। মতুংদা পানখিবা নিংথোশিংগী হাক্তক্তদি, মপুম-কাবা নিংতম্বগী কিডম মুথৎতুনা, পোলিটিকেল এজেন্টনা থাবৈ-থারা শাবা হৌথি।

লোইরবা

